# "মণিপুরী মুসলিম"

( কৌবা লাইরিক্কী মরমদা )



টি, বোকুল

প্রেসিডেন্ট, হিষ্টিরিকেল রিসার্চ কমিটি

মীতৈ মরূপ ইম্ফাল।

# "মণিপুরী মুসলিম"

( কৌবা লাইরিক্কী মরমদা )

অইবা—

টি, বোকুল

প্রেসিডেন্ট, মীতৈ মরূপ

ইম্ফাল।

লৈখিবিক অইবগীনি

মমল লুপা ২.০০

ফোঙ্‌দোকপা
মীতৈ মরূপ—ইম্ফাল।

অহানবা ফোঙবা—কোপী—১০০০
জানুয়ারী ১৯৭৪ ইং

তেংবাঙবিরকপা

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। | ঈবুঙো সালাম পাণ্ডতাকচাও সালাম লৈকাই | লুপা | ৫৬·০০ |
| ২। | ” তোকপম থোৌরানলেম্বা ( চন্দ্র ) হোদাম লৈরক | ” | ৪০·০০ |
| ৩। | ” এম, ইবোহল মোইরাংখোম লোকলাওবুং | ” | ২৫·০০ |
| ৪। | শিংজমৈ—ওইনাম থিঙেল, অমস্তু ক্ষেত্রি লৈকাই | ” | ১৫·০০ |
| ৫। | শিংজমৈ থোঙাম লৈকাই | ” | ১০·০০ |
| ৬। | লৌরেম লৈকাই নহারোল | ” | ২০·০০ |
| ৭। | মালেম য়াইফশঙ্ হোদাম লৈরক | ” | ১০·০০ |

নম্ফম—ডি সরস্বতী প্রিণ্টিং ৱার্কস, ইম্ফাল।

য়েংবিগদবা

লামায় ১দগী ১৬ ফাওবা

ইতিহাসকী মতাং

লামায় ১৭তগী ৫৩ ফাওবা

ঈনাৎকী মতাং

# ৱাহৌ

"মণিপুরী মুসলিম" কৌবা লাইরিক অসি. অইবা মথন্তুগী রা ওয়রবা কমা'মতগী ফোরবার্ড য়াওদ্রবা, অদু ওয়রবদি—য়াক্লা ইজ-রিবসিগী ৱাহৌ মরোং অমা ওয়রমগনি। ফোরবার্ড অমসুং থাগৎ-চে (রিকোমেণ্ডেশন) য়াওরকপনিনা, ফোরবার্ড অমসু রিকোমেণ্ডেশন অসি-দগী ৱাহৌ ওয়জরে।

লাইরিক অদুদা ফোৱার্ড পিরিবা—

১। ঈস্তো ডাঃ এল. চন্দ্রমনি সিংহ স্পিকরগী রাইহৈশিংহুদা মণিপুরী মুসলিমবু রিকোমেণ্ড তৌবা মরু ওয়বা থোয়দোকপা য়াওদে। রাইটরনা হায়রবগী ইচম চম্বা ফোরবার্ডনি।

২। ঈস্তো এলাংবম নীলকান্ত সিংহ সেক্রেটরী, মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমীগী রাইহৈশিং পাবে ' ঈস্তো নীলকান্তগী ৱাহৃ শন্না ৌখৎলবদা— "প্রোফেসর জনাবনা অসিগুম্বা মপা মপুনি হায়বা মশক তাকপনি। ইতিহাসকী মিৎয়েংদনি। ইতিহাসনা য়োৌবা ভমদবনা নোংশমৈ পুরাণগী মতোং লৌরি' ইতিহাসকী প্রমান থিরকপদা ব্রিটিশ অফিসারশিংগী একাউন্টতা মতুনা চৈথারোল কুম্বাবগী মতোং লৌই। থানগী তোপ তেঙ্গা মতদি মুসলিম মপা মপুশিংগী থোনা অমসুং মঙ্গণ চাউথোক্লা ই! সংস্কৃতিগী মশক্তা দোলাই, হিদাক থকপা, খুৎশা হৈবগী থবকশিং, ফি-শাব অমমুং শগোল কাংজৈদা মুসলিমগী চপ চাবা লান লৈরে হায়বসি থাজহল্লি।" হায়রগা "লাইরিক অসিদা হায়রিবা পুমমক শোয়দনা চুমলে হায়বত্তদি লেখকনা হায়কম থোক্তে।" হায়না মথা তারি। অদুনদি— ঈস্তো নীলকান্তনা থাজরে নত্রি, থাননা থাজহল্লি হায়বনি।

"স্ুজানা মণিপুরদা লোংখি হায়না ইতিহাসকী প্রমান পীরিবসি অমুকস্থ হেন্না থিজিন্নবগী বার্ত্তন তৌরি।" হায়দুনা ইতিহাস নৈনবশিংদা ইন্খোক্লী। ঈডো' নীলকান্তনা লোইশিল্লকপদা "পাবা হুংঙাই" তারকপ' অসিনদি লাইরিক অসিবু রিকোমেণ্ড তৌবগী অচংবা রা থোরদোকপা কংদে। য়ানিংদবা চিংনবদি ঈডো নীলকান্তনগী ফন্ডি।

ঈডো নীলকান্তনা "থোইদোক্লস্থ মোগল নিংথৌমচা স্ুজানা মণিপুরদা লোংখি হায়না ইতিহাসকী প্রমাণ করাগা লোয়ননা পীরিবসি অমুকস্থ হেন্না থিজিন্নবগী বার্ত্তন তৌরি"। হাধরিবসিগী মরমদা য়াম্না ইতিহাসকী মায়গৈদগী—মোগল নিংথৌমচা স্ুজা মণিপুরদা লাকখিদে হায়না শেংদোকচরি। —স্ুজাবু আওরঙ্গজেবগী লান্মীনা কাগে তারকপদা, চট্টগ্রাম কাওবা চেল্লকখগা, আরাকানদা চেনখিনখ। আরাকানদা মাবু হাংখ্রে—

(a) Pressed hard by Aurangzeb's troops Shuja fled to Bengal and thence to Arakan, where he was killed by the Maghs for planning a conspiracy to overthrow the ruler of that country—A SHORT HISTORY OF MUSLIM RULE IN INDIA BY ISHWARI PRASAD, M. A. LLB, D. Litt—Page—555.

(b) Shuja had to abandon Bengal ; in May, 1660, he fled to Arakan with only 40 followers. According to a Dutch report, he was slain there by the Maghs in 1661—HISTORY OF INDIA By NARENDRA KRISHNA SINHA M. A. Ph. D—Page 391.

'c) With the help of Mir. Jumla, Shah Shuja was defeated. After his defeat, Shuja ran away to Arakan. He was killed by the Maghs—INDIA SINCE 1526 by V. D. MAHAJAN Page 161.

৩। ঈঙো শ্রীমীনকেতন সিংহ এসোসিয়েট প্রোফেসার মণিপুরী বিভাগ জে: এন: ইউ: সেন্টর, ইম্ফালগী য়াদদি—"খঁাগী মণিপুরী মুসলিম গবেষনা মুলক ওইবা ইতিহাসকী নীংথিজবা লাইরিকনি। মণিপুরী জাতীয় ইতিহাসকী মতমনা থুপচিল্লুরবা মমল নাইত্রবা লামায় অমা শ্রীখঁানা মজাতিদা য়ানা পুথোক্লুনা উৎলি। জাতিগী অনৌবা য়াওন্দা নক্লা তাম্নরুরবা মচীন মনাও অনীগী লৎকক-তৌরুরবা লুংশিনবা ইচেল কৌতৌ ঈকাৎলবা লাইরিকনি।" হায়দুনা থাগৎ-চে ইরি (Recommendation)।

লৈবাকমচা ঈঙো শ্রীমীনকেতন সিংহগী য়াকম অসি হংদবা য়াদবা য়াকম ওয়রে। মাচদি—খান মশামক্লা পিবা ক্রোনোলোজীদা লাল্লবা লাইরিক অসিবু ঈঙো শ্রীমীনকেতননা 'গবেষনা মুলক ওইবা ইতিহাসকী নীংথিজবা লাইরিকনি' হায়না থাগৎলিবা অসিবু লাললবগীদমক থাগৎলিবা জাৎলা? অহুগা—হৌজিকমক মীতৈগা, পাঙলগা অমনা অমগা লুংশিনরিবা সমাজগী শককম, লৈনরিবা মরী অসিনা—'জাতিগী অনৌবা য়াওন্দা নক্লা তাম্নরুরবা মচীন মনাও অনীগী লৎকক তৌরুরবা লুংশিনবা ঈচেল' ওয়রবদি—ওসিদা মীতৈগা, পাঙলগা লুংশিনরিবা মরী অসিদগী হেন্না নকশিন্নবা করম্বা মতম অমা লৈগ্রবগে? জাতিগী করম্বা অনৌবা য়াওয়া নক্লা তাম্নরুরবগে? পাঙলশিং অসিদি ধর্ম্ম তিন্নদবতগী ধর্ম্মগী কম্ম উসব মেলাদা তিন্নদবতনি। ঈমায়োন তিন্নবনা

মরম ওয়হুনা অতোপ্পদগী লাকপা মীতোপনি হায়বা কাওহ্রবা পাওলনি। মীতৈনা নোংমতসু পাওলবু অতোপ্পনি হায়বা নত্ত-রাখল অমতা থল্লুদ্রে। ১৯৪৭ ইংদা ভারততা থোকখিবা হিন্দু মুসলমানগী রাখলছু ঐখোয়গী নৈপাক্তদি মমিফাও তাঁঘদে। মাসিবু লৎকক ত্তোরবা মুংশি ঈচেল ওররবদি—খংমুং মুংশিরক্লুনা চেনবিান্দুনা কোন্দুনা চুপ্প্-রবদি রা থোক্লনিকো! মতাং নত্তুনা প্রেম থিংজিল্লুচনা শিংলুপ কায় হায়বা পাওরোম্ব মরৈবনি।

অনিশুবা পেরাদা "মণিপুরী জাতিগী ভৌতিক উৎকর্ষ ( material progress ) দা মণিপুরী ইমাংশিংগী পীবুক ওংহুনা পোক্লবা মুসলিম ইচীন ইনাওশিংনা থাংখিবা শরুক খজিক্কী নত্তে হায়বা জাতীয় ইতিহাসকী সেবকশিংনা মুন্না অহুম মথক্তনবা ওাক্লি।" হায়রিবসিদা, পাওল্লশিংনা থাংখিবা শরুক অসি করিনো হায়বছু ঐখোয়না খঙবা ওমজ্রে। মণিপুরী জাতিগী 'ভৌতিক উৎকর্ষ (material progress) দা' পাওলনা করি করি থাংগ্রবগে? ঐখোয়না ইতিহাসকী সেবক নত্তহুনা খঙজবৎসু, অখঙবনদি মশক পন্দুনা, উৎতুনা তাকপিভম থোকই। সোসিওলোজীনা হায়রিব—The outer and the inner environment of social man. In his incessant efforts to modify the conditions of his life, man creates a new type of environment. This man-made environment has a twofold character, an outer and an inner aspect.

(i) The outer environment :—The outer consists of the physical modifications of nature, including our houses and cities, our means of transportation and communication our comforts and conveniences the

whole apparatus and machinary of our c.vilization. It includes what some anthropologists have termed our "material culture".—Society P. 78.

মথক্তা লৌখৎলিবা আউটর এনভাইর্ণমেন্টবু এনথ্রোপোলোজীষ্টনা "material culture" থোল্লিবা অসিবুরা লৈবাকমচা ঈবুঙো শ্রীমীনকেতন সিংহনা material progress হায়বা টার্ম অমা শিজিন্নরিবা অসি। মেটারিয়েল কল্‌চরগী শরুক্তুদি পাণ্ডলগী শরুক উকুল মরিক অমগী চাং কাওবা য়াওদে। পাণ্ডলনা লৈপাক অসিদা লৈঙৈদগী লৈপাক অসিগী অরা-নুঙায়গী শরুক য়ামিন্নরকই, পুমিন্নরকই হায়বদি চুম্মী। উকুল মরিক অমগী চাং কাওবা থাংদবা পোৎপু ঈঙো শ্রীমীনকেতন সিংহনা, 'থাংখিবা শরুক খজিক্কী নত্তে' হায়তুনা লোলদা তৌবিরি। খজিক্কী নত্তে হায়বসিনদি—য়ামদবা নত্তবা তারি। য়াম্মন্দুনা লোয়না থাবা ঙমত্রবা পোৎ অতুদি, মরু ওয়বা শিংথাবদা মতিক চাবা খরা লৌখৎলগা অসিনচিংবা হায়ব্রবদি খজিক্কী নত্তে হায়বদা পকচৈ। অমা কাওবগী মমিং পন্নিওায় লৈতবা অতুবু খজিক্কী নত্তে, হায়জিল্লবদি থমক্ মাল্লি।

মীতৈ নিঙোলশিংগী পীবুক্তা পোক্লবা হায়বগী মহুৎতা, "মণিপুরী ইমাশিংগী 'পীবুক ওংতুনা' পোক্লবা মুসলিম ইচীন ইনাওশিংনা" হায়দুনা শ্রুতি মধুর ওয়নবা হায়তুরা, সাহিত্যগী লোল হায়দুরা অমা তৌদুনা 'পীবুক ওংতুনা' হায়বা অমা শিজিন্নরি। ওংবা শিজিন্নবদি—তাংবম নিঙোম্না চোংথাম ওংতুনা মচা নিপা চাওবা পোকই হায়বৈ। ওংবা হায়বসি মুপীদা শিজিন্নৈ, নিপাদদি শিজিন্নদে। নিপাদদি লেমদবা অচোম্বা করেন্নবা রাৈংদা—থোকচোম কনাইদো, কোইজম নিঙোন

তোম্বীমচা লৌতুনা কোইজমদা য়ারোং ইন্দুনা কোইজম ওংগ্রে তায়তুনা করেম্নৈ, নোক্নৈ ( banter ) ওংবা হায়বসি নুপীনা য়া নাইববু খঙনৈ। দার্শনিক অমসুং বৈজ্ঞানিককী মিৎয়েংদা অনিমক্তা মচাবু মমাগী পীবুক্তা ওংই হায়বা শুকয়া য়াদে। মমাগী womb দা মপাগী sperm গা মমাগী ovum গা অনি তিন্নহনা অচাং (মচা) ওয়রিবনি। অদুনা মচা হায়বসি মমা মপা অনিগী মশাদগী থায়দোকপা অনিনা তিন্নহনা শেম্বা ( মিশ্র নিয়ম) অমনি। নুপীনা নিপাদা ওংবদা অনৌবা মশক হোংদে। থৌরাম-মিনা মপাদগী মখাদা লাকহপা মচা ওয়রবা মতমদা, মমাসু মপাসু নত্তবা অতোপ্পা মরোং অমা ওন্থোরকই। মশক হোংদবদা শিজিন্নবা য়াহায়বু মশক হোংবদা শিজিন্নবা য়ারোয়। য়া-নাইববু ওংবা কৌই, তু-থিববু লৌবা কৌই। নিপানা নুপীদা ওংবা য়াদে।

ঈচৌ শ্রীমীনকেতন সিংহগী সাহিত্য লোলদা—'মণিপুরী ঈমাশিংগী পীবুক ওংহনা পোক্লবা মুসলিম ইচীন ইনাওশিংন।' হায়বা য়াহৈ অসি, লোল অসিদগী থোরকপা ভাব বিধিগী মতুংইন্না ময়াং মুসলিম অমন হায়-রকপা ওয়না থোকই করম্না—মণিপুরী মুসলিমশিংদ ইচীন ইনাও হায়রকইবা নিপা অসিগা, মণিপুরী মুসলিমগা লোল অসিগী মতুংইন্না পা-মরীদা ( পিতৃ সম্বন্ধদা ) লৈরে। মাদুদি মণিপুরী ঈমা হায়রিবা 'ঈমা' ( মা-শব্দ ) অসিদি ময়াং মুসলিমনা মীতৈ নুপীদা মণিপুরী ঈমা হায়রম য়ায়। নুপীনা পোকপগী থবক তৌই হায়রতুনা, নুপী শম্মকপু, নিপা পুম্মক্না ঈমা কৌনৈ। বিশ্ব জনিগী ভ বত্তা ময়াং মুসলিমনা মীতৈ নুপীশিংদা মণিপুরী ঈমাশিং কৌনি। অদুনা ময়াং মুসলিমনা মীতৈ মুসলিমবু মণিপুরী ঈমাশিংগী পীবুক 'ওংহনা' ( চংহনা নত্রগা লৈতনা ) পোক্লবা হায়বসিদা—ওংইবা ( চঙিবা নত্রগা লৈরিবা )

অসি কনাগী হায়বদা পিতৃ শক্তি (sperm) অদুনি, পিতৃনি। পিতৃ শক্তি অদুনা পোক্লবা মচীন মনাওশিং অদুদা, ময়াং মুসলিমনা, ইচীন ইনাওশিং হায়বা ওয়না—ইচীন ইনাও থোক্লরিবা অসি পিতৃ সম্বন্ধ ওয়রে। ঈডো শ্রীমীনকেতন সিংহনা মণিপুরী ঈমাশিংগী পীবুকতগী পোক্লবা মুসলিম ঈচীন ঈনাওশিং হায়রম্ববদি মা-মরীদগী (মাতৃ-সম্বন্ধ দগী) ঈচীন ঈনাও থোক্লবা মণিপুরী মুসলিমনি হায়বন্থ অপাবশিংনা খঙবা ঙমগনি। ঈডো সিংহনা মীতৈনিনা, মীতৈ নিপানা, পাঙল ওংখিবা মীতৈ নুপী-শিংদা, মণিপুরী ঈমা কৌজবনি হায়দুনা পাটিকুলর, মীতৈ নুপীতবু খঙনগনি।

অতোপ্পা অমনা শ্রীমীনকেতন সিংহনা—মণিপুরী ঈমাশিংগী পাবুক ওংদুনা পোক্লব 'মুসলিম ঈচীন ঈনাওশিংনা' হায়রিবা মিঙৌ অসিমা লায়ে। Cosmopolitanism দা ভাইবংপানবদা পোকমিন্নরে হায়দুনা বিশ্ব ভাতৃ প্রেমদা, ঈচীন ঈনাও নুংশিনবগী ভাব অমদা নুংশিনবা অদুনা অতোপ্পা অমনি। মীতৈগা, পাঙলগদি—ঈচীন ঈনাও থোক্লদে।নিঙোল্লা ওংখিবা নিঙোল মতৈ (মরা) মযুমগা নুপী মপামগী মযুমগদি—মকু মমাক্ মশেল মবাই থেক্কে। বিশ্ব ভতৃগী ভাবতা নুংশিনবদগী ঈ তেংমী মরী লৈনদুনা—মিঙৌ থাগৌ অমা শক্লরিবা অদুনা হেন্না নকশিন্না নুংশিনভম্ থোকই। শ্রীমীনকেতন সিংহনা—'নক্লা ভাম্লকরবা মচীন মনাও অনীগী লংকক তৌক্লরবা নুংশিনবা ঈচেল নৌহৌ ঈকাংলবা লাইরিক্কি' হায়না সাহিত্যগী লোলদা তৌদুনা কোরবার্ড পিরিবা অসিনা, মীতৈগা, মীতৈ পাঙলগগী মিঙৌ থাগৌগী মরীদু থদংতুন, ঈশেল ঈবাই, ঈকু ইমাক্ থোক্লবগী নুংশি ঈচেলগী মরীদু থদংতুনা, পুম্থক্ করবা হায়দুনা সাহিত্যগী লোলদা তৌবিরি! থগদিয়ু! পাঠকশিংনসু মীতৈ নিঙোল্লা

পোকপা মীতৈ পাঙলগা, মীতৈগদি—ঈশেল ঈবাই, ঈকু ঈমাক থোরক্লব্রা ? নিঙোন মপামগা, নিঙোন-মতৈ মযুমগা ; নিঙোন্না পোকপগা, নিঙোন মপামগা ঈশেল ঈবাই, ঈকু ঈমাক কৌনবসি মীতৈনী মিংগোনি। মীতৈনা হিন্দুদা তাঙ্ডবদগী মিংগো-থাগো ফাওবা হিন্দুগী মিংগোনা - ঈনেগী মচাবু "পিসীভূত ভাই" হায়দুনা তাদা ঈনাও কৌনবা অদোমদা, মীতৈগা, মীতৈ পাঙলগা ঈচীন ঈনাও থোক্লে হায়দৌরিব্রা ?

৪। জি, কবুর এসোসিয়েট প্রোফেসর ইতিহাস বিভাগ জেঃ এনঃ ইউঃ সেন্টর ইম্ফাল। ঈবুঙো অসিগী কোররার্ডতগী য়াক্লা লৌজরিবদি, কোররার্ড অহুমক্তদা পল্লিবা—"জর্ম্মনগী অকাওবা কবি গেত্তেনা হায়রম্মু ঐথোইনা কাউরোঈদবনি ; ইতিহাস ইবা অমগী মথৌদি অচুম্ববু চুমদবদগী খন্দোকপা, অশেংববু শেংদবদগী তোঙানহনবনি।" হায়বা য়াকম অহুনি। প্রোঃ খানগী 'মণিপুরী মুসলিম' কনাগুম্বা অমমা মণিপুরী মুসলিমগী মরমদা ইগ্রবা লাইরিক অমগী মথক্তা নৈনদুনা ইবা লাইরিক নত্তে। প্রোঃ খান সাহেবকী অসিনা অহানবনি। ইশান হানবা ওয়না থোরকপা লাইরিক অমগী কোররার্ড পিবদা, ইতিহাস বিভাগকী প্রোফেসর অমনা 'অচুম্ববু চুমদবদগী খন্দোকপা, অশেংববু শেংদবদগী তোঙানহনবনি' হায়বসি য়াম্না মিনিংফুল ওয়বা য়াহৈনি। অদুনা, য়াক্লা ইতিহাস বিভাগী প্রোফেসরগী রা মতুং ইন্না—মীতৈ পাঙলশিং অসি—লাংলদা থাংম্বা নিংথৌনা কাংলৌবন হায়বা অচুম্বা অসিদগী চুমদবা খন্দোকুনা অশেংববু শেংদবদগী তোঙানহঞ্জরি।

৫। শ্রীনিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ সুপরিন্টেণ্ডেন্ট রেকোর্ড এণ্ড লাইব্রেরী মণিপুর সেক্রেটরিয়েৎ। ঈবুঙো খেলচন্দ্র বাবুগী কোররার্ডতগী

য়াক্না লৌজরিবনা—"নোংশমৈ কৌবা অরিবা লাইব্রিক অমগী কোপী অমা পুরক্কুম্না ঐগীদা লৈরম্বা হায়খ্রিবা লাইব্রিক অসগী কোপী অমগম্মু চানদুনা য়েংনখি" হায়রসিনা প্রো: খান সাহেবতা লৈরম্মু, সুপরিণ্টেণ্ডেণ্ট বাবু খেলচন্দ্রদা লৈরম্মু পাণ্ডুলিপি অনিমক অর্মনবনি হায়বগী প্রমাণ ওয়রে। করম্না হায়বদা—প্রো: জনাব খাননা রাহৌদোক্না "ঐহাক্না নোংশমৈ পুরানগী কোপী অমা পুজরগা শ্রীএন খেলচন্দ্র সিংহগী মফমদা তাররবা চৎচকুবদা পণ্ডিত অসিগী মফমদম্মু নোংশমৈ পুরাণগী কোপি অমা লৈরমই। ঐখোয় অনিনা পুরাণ কোপি অনি অসি পাদুনা কম্প্যার তৌদুনা য়েংখি। কোপি অনি অসি চপ মান্নরমই"। হায়রগা অমুক রাহৌদোক্নী রোমান xi দা পণ্ডিত অসিনা ঐগী অইবা 'মেনসক্রিপ' ও অদু পাদুনা চুমথোকপিখি'। হায়রকপা অসিদা খেলচন্দ্র বাবুনা চুমথোকখি, চুমথোকখিদে হায়বা পল্লক্তে। অদুনা চুমথোকঅবদি লান্দুনা চুমথোকপনি হায়বা মশানা প্রমাণ পিজরে। খেলচন্দ্র বাবুদা লৈরম্বগা, খান সাহেবনা পোরকপা কোপিগা কম্প্যার তৌদুনা য়েংবদা কোপি অনি অসি চপ মান্নরমই" হায়রনিরা—খানগী চুমথোকপিখিবা অদুগা মান্নরম্বা খেলচন্দ্র বাবুগী অদুম্মু লান্বা তায়।

৬। রাজকুমার শ্রীস্নাহল সিংহ ট্রেজরি ওফিসার ইম্ফাল। সনা ঈবুঙোগী কোরবার্ডতগী ফংবনা 'লাইব্রিক অসিগী মরীদা অদুক হায়রনিংবা হায়রবু কব্রি করিগুম্বা মতাং মতাংদা খরগা হেন্না অমুক্না নৈনহল্লিংবা য়াখল অম-নি য়াওরি'। হায়রসিনা জনাব সাহেবকী য়াফমশিংদা সনা ঈবুঙোনা য়ানিংদবা কোংদোক্লি হায়বা খঙহল্লি।

"মণিপুরী মুসলিম' হায়বা লাইব্রিক অদুগী রাহৌদোক্তা মরু ওয়না নোংশমৈ পুরাণদা মুমকম ওয়দুনা ইজব. লাইব্রিকনি" হায়। নোংশমৈ

হায়বা নিপা অসিদি খাগেম্বা হাক্কী মী নত্তে, চরাইরোংবা নিংথৌগী চাক্তা লাকপনি হায়রদু ঐখোয়না "মণিপুর উদ্ধার" কৌবা লাইরিক অমদগী কণ্ডি মণিপুর উদ্ধারদা হায়রিবদি—"সেই বিষ্ণু কায়স্থ তার নাম নোংসমৈ। তাহারে শক্তি সঞ্চারিয়া পাঠাইল মণিপুরে। সেই বিষ্ণু পোং রাজার সম্পোটে বাসা হৈলা। সেই বিষ্ণু চরাইরোংবা রাজা মাগিয়া আনিল।" অসিনি। মণিপুর উদ্ধার হায়রিবা লাইরিক অসিদি, মতম অদুদদি—হিন্দু ধর্ম্মদা দীক্ষা তৌরবা য়ুম খুদিংদা, গুরু প্রণালী (methodical) হায়দুনা ময়াং গুরুশিংনা ইবি ইবিদুনা অমমম্ পিবি। মাদুগীদমক গুরুগী খোংজুম পিথকই। ল্যাইরিক অদু "শ্রীগৌরচন্দ্রায় নমঃ"। ..........না, হৌরগা "বন্দে গুরু মীশ ভক্তা মীশ নিবাবতারকান" শমধরকই। ..........অরোয়বদা সত্যে অরণ্য নগরং ত্রেতায়াং মেখলা তথা। দ্বাপুরে মণিপুরং রমাদেশং তথা ভবেৎ। কলিতে অমরাপুরী আর গৌরদেশ। এই ছয়নাম হয় মহা মণিপুর ॥০" হায়ধুনা লোয়শিল্লি। খুৎইদা লামায় ৭/৮ শুব। লাইরিক মচা অমনি।

নোংসমৈ কায়স্থনি, শূদ্রনি। মহাক শান্তদাসকী ভুংইন খোংলোয়নি'। শান্তদাসপু চরাইরোংবা নিংথৌনা হাৎকে খিরকপদা—শান্তদাসনা নোংচুপলোমদা চেনখিবা, নোংসমৈনা নোংপোকলোমদা নাখৈদুনা পোং নিংথৌ থন্দুনা লোংহৌবনি। মতম অদুদা মাবুদি নিংথৌনা শক খঙত্রি। লৈমা নুংখিল চাইবীদি (রাণী) মাবু মুম্না খত্তে। মীতৈগী 'মুম খোক্উ হায়বা অমদগী নিংথৌনা মাবু পোং নিংথৌগীদা থেংনকরে। মাগী'মীনপ মীপকপা কিকির অদুদা চরাইরোংবা নিংথৌনা অফবা মী ওয়রবোয় ংদুনা পোং নিংথৌদগী নিদুনা পোয়কপনি। নিংথৌনা পোয়কঅবদু, লৈমা নুংথিল চাইবীগী খুজিলদগী—হাওবম শেলুংবা শগোল হঞ্জবগী

ময়ুধদা শক্তিক- লোয় ওয়ছুনা কৈরে। নোংসমৈমৈগী খুজিন্দগী পামহৈববু নিংথৌ চৱাইরোংবদা তানা থিন্দুনা হাংহনবনি। হিদাক মচন হাপছুনা শেগা মুকনা ইবা—'গোবিন্দ লীলামৃত' কৌবা লাইরিক অমা, লাইরিক অম্ব মুক্কী হিদাক মচন অছুনা অহিংদা ইলং লংনা ঙানবা হাওবম শেলুংবনা উরুরে। নোংসমৈদা নংগী লাইরিক অসিনা অমম্বদা ঙাল্লিবসি করিগীনো হংবদা লাইরিক অসিদা য়াওরিবা লাইগী মতিক ময়ায়নবি হায়রে। মাহ তাবদগী হাওবম শেলুংবা নোংসমৈদা গুরু ওয়ছুনা হিন্দু ধর্ম্মদা দীক্ষা তৌরে। পামহৈবা নিংথৌসু তাম্বুনা নোংস-মৈদা দীক্ষা কংগে হায়বদা—ছুংদা থওকঅপা অকায়বা লাকপা মায় কিছুনা—ঐহাক্তি শুজনি নিংথৌদা দীক্ষা পিবা মতিক চাদে, মতিক চাবা ব্রাহ্মণ কৌথোকে হায়ছুনা—চরাইরোংবা শিরবা মতুং পামহৈবনা পাল্লবা মতমদা শান্তদাস অমুক কৌরুই। পামহৈবা নিংথৌনা শান্তদাসতা দীক্ষা কভি। নোংসমৈ হায়রিবা নিপা অসিদি —মেঘনা তুরেলগী শুম্ভীরশুম, মীতৈবু মাঙ-তাকহনখিবা মীশকনি। মহাকী মমিং হেক তাবদা, মীতৈনা তীল-হৌই, তিঙ্-শোকই। মহাককুম্বগী মমাবু মীতৈনা লৌগত্রে ! লৌবোয় !

---

# ১

# মণিপুরী মুসলিমগী

## ইতিহাসকী মতাং

প্রো: জনাব খাননা ইবা মণিপুরী মুসলিম পারে। লাইরিক অতুদা ফোররাড পিখ্রিবা অখণ্ড অহৈশিংগী মিংসু থেংনজয়ে লাইরিক অতুগী রাহৌদোক পাবনগী খান সাহেবনা লাইরিক অসি ইনিংলুবগী মরমসু খডে। লাইরিক অসিদি –চহি ২০০/৩০০ মীতৈ লৈবাক্তা খুন্দা লৈত্তাত্তুনা লৈরক্অবা মীতৈ পাঙলগা, মীতৈগা অনিবু সম্প্রদায়িকতাগী তমথিরবা রাখল পোকহন্দুনা, মুংশিনরকপগী মরীত্ত থদংতুনা নুংশিনদনবগী চাওরবা হুগী বোম অমা পোকখায়হন্নবা হোৎনবনি।

মীতৈ ইতিহাসতা পাঙলগী শরুক চিংথয়ে হায়রবা খণ্ডবা কনাসু লৈতে মতিক চাবা হিষ্টরিয়ান রাংপদগী কুপ্না মরী মথোং চুন্না থিজিল্লুবা ওমদবা, কৈথেল নংবী কম্মারসিয়েল লোমদা চংখিবদগী পাঙলগী সরুক চিংথহৌবতনি। অমারোমদনা আউট-বুক সিরিজগী ইতিহাস ইবা ঐতিহাসিকশিংনা, মীতৈবু আর্য্যগী শুনাওনি হায়গদবগী মাতুগী লম্বীদা থিবদা পাঙলগী রাদি কাওথোকখিত্তুনা চিংথহৌরবনি। চিংথহৌরবা শরুক অদু জনাবনা পুকচেল শেংনা অশেংনা খঙবা শরুক অত্তুতং মেনখৎলক্লবদি খান সাহেবপু লৈবাক্লা থাগৎকদবনি। অরাংপা চিংথ-নাঙ্ক লৈরবসু খাইনা অখণ্ড-অখণ্ড মেনখৎলকদবনি।

মাহুদি নম্বুনা তুকচরবা Intention অমদা মীতৈবু পাওননা খুৎশা -হৈবগী থবক তম্বী হায়বতুদি রাকায় অচৌবা অমনি। As every good act brings its own reward by the law of compansation, so every crime or wrong act brings its own punishment by the law of retribution, অকবনা, অকুবা কংগনি, অসিগুম্না অরানবগীনা তেকচাক চল্লকনি হায়বা খান লাংহৈবনা থক্কবা হৈ।

প্রোঃ জন'ব খাননা "মনিপুরী মুসলিম"বু লৈবাক্তা শক খঙহন্নব হোৎনবদা ইতিহাসকী মতেংনা হৌই ইতিহাসকী মায়ৈগদগী কানবা ফংত্রগা, "নোংশৈৰ পুরাণ" কৌবা অমগী মতেং লৌরি। ইতিহাস যুগকী মনুংদা থোকপা থৌদোক্কী ৱারীবু 'পুরাণ' কৌবগুাবা অসিনা, নোংশমৈ পুরাণ অসিবু য়াক্লা চোইরোন বা ( pseudo statement ) কৌগে। পুরাণদি দেবতাখ্যান হায়বদি লাইনগী শমধরকপা ৱারী হায়বনি। কুমশিং-থাশিং লাকপা ওস্মীবা অহুবুনা ৱারীশিংবুল ( ইতিহাস ) কৌই। ৱারীশিংবুল কৌগদববু পুরাণ কৌশিল্লবদি— ঠক চঙ্গে হায়বা খঙে; ঠকপু চোইরোন-বা কৌবদা থোয়না হেনজিনবা ৱা ওয়রোয়।

মণিপুরী মুসলিমদা "খাগেম্বা নিংথৌনা নিংথৌ ওয়খ্রিতৈগী মমাংদা মণিপুরদা মুসলিমশিং লৈরম্মে।...... মোগল নিংথৌরেল আকবর শাহনা খৃঃ ১৬০৫দা নোংগত্রবদা মচাসুপা জাহাঙ্গীরনা সিংহাসন কাখি। খৃঃ ১৬০৯দা সম্রাট জাহাঙ্গীরনা বেঙ্গলদা ইসলাম খানবু থারক্লুনা মুশা খান, উসমান, বায়াজিদ করানী আসামগী ৱাজা পারিক্ষীতনচিংবা নিংথৌশিংবু মথং মথং মায়থীবা পিহুনা খৃঃ ১৬১৩ ফাওবদা কাছাড়

ফাওবা মোগল সাম্রাজ্যগী মন্নুং চনহনখি'' i হায়না ইরি। ব্রিটিশ শক্তিগা মায়োক্নখিবা, সোরারেনগী চাদা-নাওতা মীতৈগী লম য়াওরিবা কাছাড়নি। কাছাড় ফাওবা মোগল সাম্রাজ্যগী মন্নুংচনহনখি হায়বদি—মীতৈ ফাওবা মোগলগী মথা পোল্লম্মী হায়বা রানি। মাদুগী পরেংদি নত্তে, মীতৈগী ইতিহাসতা ফংদে, খান সাহেব! ব্রিটিশ সম্রাটনকুম্ন মীতৈ লৈপাক লৌনবা হোৎনবদা চহি ২০০গী নগজিক চঙনা, চৌং-তম মচীন মনাও অনিবু নুংশিনদনবা হিদাক—মীতৈদা হিন্দুধর্ম্ম, তাওবা খৃষ্টানধর্ম্ম পিরবা মতুং অমা কায়নথংদা—তপ্পা-তপ্পা রাজনৈতিককী কুচক্র তৌদুনা চক্তকপা ঙমখিবনি। চৌং-তম পুলপ পুকচেন তিন্নবিউগা মতম খাগেম্বাগী মতম অক্তন্নাই ফাওবদদি—মুসলমানদা লৈবা শক্তি খুংগু-খুংলাইগী চাং অতুনা অমসু লম্বী থোংনা মীতৈগী লমদা হাইজিল্লকপা ঙম্বগী পরেং নত্তে।

পৃথিবীগী তোঙান তোঙানবা মহাদেশকী অমসু ভারতকী প্রাকৃতিক, অর্থনৈতিক, অমসুং রাজনৈতিককী মানচিত্র অমদি ভারতকী তোঙান তোঙানবা মতমগী ঐতিহাসিক মানচিত্রদা মোগল সাম্রাজ্যনা কাছাড় য়ৌরমদে। খৃঃ ১৩১৮ সুলতানি মতমগী ভারতবর্ষগী মানচিত্রদা নোংপোক্কী নদিয়াগী গৌড় মচেং খিতং শোকঅম্মী। খৃঃ ১৩৯৮ সুলতানি মতমগী ভারতবর্ষগী মানচিত্রদা নোংপোক্কা বঙ্গদেশতা থম্মী। আকবরনা পাল্লম্বা মোগল সাম্রাজ্যসু নোংপোক্তা বঙ্গ অমদি গৌড়দা থম্মী। আওরঙ্গজেবনা পাল্লম্বা মোগল সাম্রাজ্যনা খিতং শম্পোক্কুনা নোংপোক্তা ঢাকা য়ৌরম্মী। প্রোঃ জনাব সাহেবনদি আওরঙ্গজেবগী মপুবোক জাহাঙ্গীরগী মতম খৃঃ ১৬১৩ ফাওবদা কাছাড় ফাওবা

মোগল সাম্রাজ্যগী মচুং চনহনখি হায়রি। হৌজিক ছাত্রশিংনা তম্মীবা ভারতবর্ষগী মানচিত্র অসি নত্তবা মুসলমানশিংতগী অতোপ্পা ভারতবর্ষগী মানচিত্র অমা লৈত্রা ? মাদুদা মোগল সাম্রাজ্যনা কাছাড় যৌরম্বরা ! ঐহাক্না লৌখৎচরিবা—সুলতানি মতমগী মানচিত্রদা নোংপোক্কী ওমখৈ, আকবর অমসুং আওরঙ্গজেবনা পাল্লম্বা মোগল সাম্রাজ্যগী নোংপোক্কী ওমখৈ অসি—প্রবেশিকা মানচিত্র—সপ্তম হইতে একাদশ শ্রেণীর পাঠ্য—ফংভম—বেঙ্গল পব্লিশিং কোম্পানী ৮/২ ভবানীদত্ত লেন কলিকাতা—৭দা য়াওবা মানচিত্রদগীনি। কনাসু হন্দুনা থিরক্কদবা লৈতে, অমা কোক হায়জিল্লগা, ঐখোয় ঈশেন থাগৎনরগা হেক লোয়রে খলবদি ফত্তে। ভূমণ্ডলদগী হৌজিক্কী রাজনৈতিককী প্রদেশ অমা কাওবগী প্রাকৃতিক, অর্থনৈতিক, অমসু রাজনৈতিককী মানচিত্রদা য়াওদবা রাবু, জিওগ্রাফিকেল নলেজ লৈরবা শিক্ষিত ভদ্রলোকশিংনা প্রোঃ খান সাহেবনা হায় হায়দুনা কোররাড পিরিবা ভদ্রলোকশিংসু উদার নীতি হায়বচু ওয়রে। (মাসিনা মানচিত্রগী রানি)।

ইতিহাসকী মায়গৈদগী হায়রবসু পাঠান অমসু মোগলনা আসাম লালদাবা—মুসলমাননা ১৩শুবা শতাব্দীগী অহানবা শরুক্তা দিল্লীগী সুলতান কুতবুদ্দীনগী সেনাপতি ইখতিয়ার-উদ্দীননা বাংলাগী লক্ষণ-সেনবু মায়থিবা পিতুনা বাংলাগী সিংহাসন লৌখি। মাদুগী চহি খরগী মতুংদা ইখতিয়ার-উদ্দীননা অরাংতম্না লালদারকই। ইখতিয়ারনা করতোয়া তুরেলগী য়েৎ-থংবা তোর্বান্দা অরাং পাংনা নুমিৎ তরানি হাইগৎলকঅবা মতুংদা তুরেল লাম্ভোকঅগা অরাংবা চীংগী চীংখোং অমদা থুংখি। চীংলক্তা নুমিৎ তরাতরুক্লিঙৈ লখী লাকঅগা তম্পাক কংখি। মফম অদুগী অচৌ অচৌবা থুঙংদা ইখতিয়ার-উদ্দীননা লুট

থৌরকই। মফম অদুগা শগোল তোংবা লালমী খুৎকল্লবা অমনা তান্নরকপদা মহাক মায়থিল্লনা চেল্লে। চেল্লকপদা লম্বীদা মহাক হায়নিঙ্গায় লৈতনা অল্লাবা ফঙে। কামরূপকী নিংথৌ কামেশ্বরনা অচৌবা ভেঙ্গোল অমা পুদুনা তুরেল তোর্বান্দা মঙাকপু থংলম্মী। ইখতিয়ার-উদ্দীন পাম্বে লৈত্রদুনা লাইশঙ অমদা লোৎদুনা হিংলৌই। উচীন নাচীন মতুং ইনবা মী থরদংতগা তুরেল লান্থোক্লুনা দেবকোটতা চেল্লকই। মুসলমান ভেঙ্গোল অদুনা কাং-খোং চাইনা মাংখি।

চহি খরগী মতুংদা বাংলাগী সুলতান গিয়াসুদ্দীননা আসাম লাল-দারকই। অদুবু মহাকসু মায়থিদুনা হল্লকই। ১৩শুবা শতাব্দীগী ময়াই চল্লকপদা তুঘরিল খাঁনা আসাম লালদাবা চৎপদা মায়থিদুনা হল্লকই। হোৎনরুবা পুন্নমক মায়থিরকপা অসিদগী থদবা ভম্মী—করতোয়া তুরেলগী নোংপোক থংবা মায়পৈদা আসামদা খুৎকল পাঙল্লবা লৈপাক অমা লৈরম্মী হায়বা। ১৩শুবা শতাব্দীগী অহানবা শরুক্তা ব্রহ্মাগী অল্লাংদগী আহোম কাংলুপ অমনা ব্রহ্মপুত্র উপত্যকাগী অল্লাং চুথেক্তগী চংসিল্লকই। খুৎকল পাঙল্লবা জাতি অসি চঙকপা মতুংদগী আসামগী ইতিহাসকী ঈচেলদু পুমওন ওনখি।

(আহোম হায়রিবা কাংবু অসি মীতৈনি, অঙোমনি হায়নরি। মীতৈ ইতিহাসতা অঙোম লালগাইনবগী মতাং অমা চাওনা লৈরি। থায়না মতম অমদা অঙোমনা লাল হৌরকদুনা লাল তৌখি। লাল অদুদা, য়েক তরুক্তা নাকপাক অমা ওয়থিবদগী, অঙোমনা মায়থিদুনা উত্রুল লোমদা চেনখ্রগা ব্রহ্মগী অল্লাং-থংবা শরুক্তা লৈখি। মথোয় অদুনা পাতকাই চীং লান্দুনা আসামগী নোংপোক থংবা চুথেক্তা চংখি। মথোয় অদু অঙোমনি হায়হে থৈখিদুনা আহোম হায়খিবনি

হায়নরি। মাসি হৌজিক কুপ্না খিজিনবা মথৌ তায়। আহোমগী ইতিহাসতা ব্রহ্মগী অরাং খংবা শরুক্তগী পাতকাই চীং লাল্লকুনা আসামগী অরাং চুথেক্কগী চংসিল্লকই হায়রিবা অসিগা; ম তৈগী অহোমশিংনা ঙঁপ্রুংস লোমদা চেনপ্রগা ব্রহ্মগী অরাং খংবা শকক্তা খুন্দাখি। অহুদগী পাতকাই চীং লাল্লকুনা আসামদা চংখি হায়বা মীতৈ ইতিহাসকী বা অসিগা অহুগী মথক্তা আহোমগা, মীতৈগা শক-চু য়েক্কুবগদি য়াম্না য়ুক্ত প্রমান ওয়। মাসি পূম্নমক অসি শাস্তদাসনা মৈ থাদোক্কুনা মাংহনবিবদগী থোকইবনি। মাসিগী য়ানা তোংশা খন্নবা চায়।)

নোংচুপতা কামরূপ রাজ্যনি। রাজ্য অসিগী নোংচুপ ঙমখৈদা করতোয়া তুরেলনি, লৈপাক অসিগী মমিং কামতারাজ্য কৌরম্মী। ১৪৯৮ খৃঃ দা মুসলমানশিংনা কামত রাজা জয় তৌরুনা আহোমরাজ্যদ লালদাঙকপদা মুসলমানশিং অকিবা কংনা ম'যথিখি। মুসলমানশিংন আসাম লালদাঙকপা পুন্দংমক্তা আহে মশিংনা হৈতং-হৎতনা ঙাকথোক্কুনা আসামগী স্বাধীনতা লেংদনা থম্মকই।

খৃঃ ১৬৩৭দা মোগল লানমীনা আসাম লালদাঙকপদা, আহোম নিংথৌ প্রতাপসিংহনা ঙাকথোক্কুনা হন্না অমুক মুসলমানদা আক্রমন তৌবদা মুসলমানগী তেঙ্গোল কায়হনা মুসলমানগী লম হাজোদ চেনখিনখি। প্রতাপসিংহনা হাজো লাংগোই চল্লি। হাজোগী ফৌজদারন প্রতাপসিংহদা আত্ম-সমর্পন তৌরে। মাইগৈ অমারোমদগী বাংলা সূবাদার ইসলাম খাঁনা অমুক লালগী য়াম্না থারকখি। মরম অদুদা লাল অমুক চংখখি। অদুবু আহোমশিংনা মথোয়বু হাজো রাজ্যদ

ভাঙ্খোকখ্রে। অমুগী মতুংদা খৃ: ১৬৩৮দা মোগল তেঙ্গোলনা ব্রহ্মপুত্র তুরেলদা হোনজিল্লক্কুনা নোংপোক লোমদা চংশিল্লক্কুনা ভরণী তুরেল মপান্দ তেঙ্গোল শাররে। আহোমশিংনা তুরেল রাংমদা তেঙ্গোল শারে। অমুম্বং থরানি লাল থেংনরগা মোগল তেঙ্গোল মায়থিল্লনা গৌহাটিদা চেনখ্রে। অমুম্না হন্না হন্না লাল থেংনবদা মাইগৈ অনিমক চোকথরক্কুনা সন্ধি তৌনখি। অরাংদা "বরনদী" মখাদা "অসুরের আলি" বু জা অনিগী ওমথৈনি হায়রদুনা ১৬৩৯ খৃ: দা লেপনখি। মথু চহি ২০ ঈথেন' পাল্লবগী মতুংদা ১৬৫৮ খৃ. দা শাহ জাহাননা নায়রকখবা মতমদা বাংলাগী সুবাদার শাহ সুজানা ঢিন্ত্রিক কয়াগী তেঙ্গোল পুদুনা আগ্রা চম্লকই খুদোং চাবা ফঙাদুনা আহোম নিংথৌ স্বর্গদেব জয়ধ্বজনা মোগল সাম্রাজ্যগী মনুং চল্লগা হাজো, গৌহাটি লৌশিনখি।

মাসিগী মতুংদা আওরঙ্গজেবনা মাগী হৈশিংলবা সেনাপতি মীরজুমলাবু বাংলাগী সুবাদার হাপদুনা মহাকপু আসাম লালদাদুনা লৌশিল্লু হায়না য়াথং পিখি। মীরজুমলানা লালমী য়াম্না তেঙ্গোল চাওনা অমসু লালগী হি পুদুনা ১৬৬১ খৃ: দা ঢাকাদগী লাল হৌরকই। লাল হৌতো তৌদনা কোচবিহার লৌরগা অদুদগী আসামদা ওকশিল্লকপদা আহোমগী কোনুং গড়গাঁও দখল তৌদুনা লুপা য়াম্না নোংমৈপা লোয়্‌ননা মখুৎ চল্লি। অদুদগী নোংজু-থা য়ৌরকপদা মোগল তেঙ্গোলদু চানবা লৈক্রে অমসু য়াম্না তমথিরবা লৌনগনবা লাইনানা মোগল লালমী অকিবা কংনা অয়াবা তারে। মমৈদা মীরজুমলানা আহোম নিংথৌগা সন্ধি তৌরখি। আহোমনিংথৌনা আসামগী নোংচুপ থংবা শরুক মচেৎ অমা থাদোকখি।

মথক্তা হায়রিবসিগী চহি মরিগী মতুং মক্তদা আহোম নিংথৌ স্বর্গদেব চক্রধ্বজনা গৌহাটি লৌশিল্লি। আওরঙ্গজেবনা দিল্লীদগী সেনাপতি রামসিংহবু থারকই। লাল শোক্লরে। মমৈদা আহোমগী সেনাপতি লাচিত বড়ফুকননা শরাইঘাটকি ঈশিং অমসু কংকালগী লালদা মোগল তেঙ্গোল অমসু মোগলগী হিগী লালমী পুম্নমক পুম্থাং মাংহল্লি। শরাইঘাটতা মাইথিবুনা মোগল হনখি।

ভারতবর্ষগী তোঙান তোঙানবা মতমগী মানচিত্রদা পাঠান অমসু মোগল সাম্রাজ্যগী মনুংদা কাছাড় য়াওদে। ভারত ইতিহাসকী মনুংদসু পাঠান মোগলনা কাছাড় য়ৌবগী রা য়াওদে। ইতিহাসতসু য়াওদবা মানচিত্রদসু ফংদবা রাবু, খান সাহেবনা হেক্তা হায়জিল্লি। মাসিনি জনাব সাহেবকী—মজাতিবু নুংশিজরবা শ্রীখাঁগী সেবাগী খুৎনা জাতীয় ইতি-হাসকী মতমনা থুপচিনথ্রবা মমন্নাইদ্রবা লামায় কয়া পুথোক্লবা খুৎ মাবিরিবা।

শানেংবা হিগাইরাগী রাথোক্তগী "খৃঃ ১৬০৬ তা মুসলমানশিংনা মণিপুরদা কাল তারকখি।" (হায়না মণিপুরী মুসলিমগী লমায় ১ দা ইরি।)"লাল অতগী প্রসেনা লালজিংলেন শৈখ মুহম্মদ শানীনি। প্রসেনা লালজিংলেন্না খুম্লকখি ঐদি থোংনা অতৈবা ময়াং অয়স্ববু নত্তে তরক স্না লৈবাকী দক্ষিন খানা পাংবা রোমগী নরাবনে। ময়াং মীনম্বগী দমকপু মীসুং লাংগীবু শিঙেল অরেম্বদা প্রাণ থরাই মাঙবদি কত্তে নরাব ঐনা পুরকপা শগোল, শামু, দোলাই, থোঙমী, মোংবৈ পিয়োং খুৎলাই, মীনাই পুম্নমক লোই হারগে হায়না লোই হাখি।"(হায়না মণিপুরী মুসলিমগী লমায় ৫ দা ইরি।)" শৈখ মুহম্মদ শানী চহি ৮৭ তা

চরাইরোংবগী হাক্তক্তা পুন্সি লোমখি" (হায়না মণিপুরী মুসলিমগী লমায় ১৪ দা ইরি।) "চরাইরোংগী মতম্ খৃঃ ১৬৯৬—১৭০৯ দনি।" (হায়না মণিপুরী মুসলিমগী লমায় ৭১দা ইরি।) অহুনা হৌজিক জনাব সাহেবনা পিরিবা কুমশিং অসিদগী অঙ্ক অমা হোৎসি—মুসলমাননা লালদারকপা খৃষ্টাব্দ ১৬০৬ তগী চরাইরোংবনা নিংথৌ ওয়বা কুম খৃষ্টাব্দ ১৬৯৬ ফাওবদা—১৬৯৬—১৬০৬=৯০ চহিনি। চরাইরোংবনা পাল্লবা মতম য়াওনা খৃষ্টাব্দ ১৭০৯ ফাওবদসি—১৭০৯—১৬০৬ = ১০৩ চহিনি। শেখ মুহম্মদ শানীদি মশাগী চহি ৮৭ তা শিখি। মহাক্না লালজিংলেন ওয়কুনা লালদারকপা মতমদা মশাগী চহি ২০ দম্বু শুরে। মশাগী পুন্সি চহি ৮৭ তগী, মহাক্না মীতৈ লৈপাক্তা লালদারকপা শুম্বা ফাওবগী চহি ২০ অদু থাদোক্লবদি--৮৭ — ২০ = ৬৭ চহিতনি। খান সাহেব মশানা পিরিবা chronicle অসিগী মতুং ইন্না চহি ৬৭ তা মীতৈ লৈপাক্তা লৈরম্বা শেখ মুহম্মদ শানীবু—চহি ৯০ নত্রগা ১০৩ ফাওবা লৈরম্মী হায়জিল্লি। মাসিবু "মণিপুরী মুসলিম গবেষনা মূলক ওয়বা ইতিহাসকী নীংথিজরবা লাইরিকনি।" হায়না প্রশংসা পত্র হছুনা পিরি। ওয়দবা হায়জিন্দুনা মীতৈবু নমথরি হায়বগী দমক পিরিবা প্রশংসা পত্ররা ?

মণিপুরী মুসলিমদা প্রোঃ জনাবনা নোংশমৈ পুরাণদগীনি হায়দুনা লৌখৎলিবা—য়াঙ্গোই থোংবান্দা মীতৈগা, পাঙলগা লাল শোক্লবগী রারীসি ঐথোয়না তাবগা মানদে। ঐহাক্না রারীসি খৃঃ ১৯৩৭ তা কাছাড়দা শানোংবা হিগাইরী কৌবা লাইরিক অমদগী তায়। শানোংবা হিগাহরাদা ইরিবছু—শানোংবনা পাঙল লালমী পুদুনা মীতৈ লৈপাক্তা লালদারকপা মতাংগী শমপৎপা মতেক অমতং লৌখৎচগে—"শানোংবগী থুংনেক মুসলমানশিংনা নোংমগী লম্বী মাং থানা হেনগৎলকুনা শানোংবদা চীংথক্তা লৈরিভৈদা, মুসলমানশিংনা তম্পাক তাঘরে।

মাহুনা শানোংবগী পুক্নিন্দা চিংনবা পোক্লে । শানোংবনা কাছাড়, শ্রীহট্ট লোমদগী লাল নেক্লক্লীবা মুসলমানশিং অসিদি, দিল্লীগী সুলতান অমসু বাদশাহশিংদা অমসুং প্রদেশিক সুবাদারশিংগী মথক্তা লালহৌরুবা কাংবুগ লৌতুনবা য়াওরুতুনা মাহুক্ষীদমক মরৈপাক্তে লৈবা য়াদ্রহুনা চেলকপা মীচেল (পলাতক) ওাক্তনি । বিহার অমসু বাংলাদগী চেলকপ মযাম অহুনা শ্রীহট্ট কাছাড়দা লৈরবনিসে হায়বহু হেক নিংঝঙকপদা শানোংবগী চিংনবগী থম থেংখি । শানোংবনা মহোয়দা লাল নেকপা মতমদসু মহোযবু দিল্লীগী বাদশাহ অমসুং প্রদেশিক সুবা-দারশিংনা ওৎ—নৈবদগী কোক্লবা, চনিংতানা মীতৈ লৈপাক্কী মী ওয়না থম্মীগনি হায়বা ফীভম অসিদা য়ানহুনা নেক্লকপনি । পাঠাননা পাঠান মরক্ত তিনবা য়াদ্রবা, মোগলনা মোগল মরক্ত তিনবা য়াদ্রবা মুসলমানশিংনা বাংলাগী নোংপোক লোমদা চেলক্তুনা শ্রীহট্টকী বানিয়াচং কৌবা মফম, মীনা চংবা তল্লবা পাংথ কোমাথগী মপাল, উনুং য়ানুংগী মরক্তা লোন্তুনা পুন্স লোল্লবা কাংবুন হায়বহু খল্লুবদা শানোংবগী চিংনবা থান্না হেনজিল্লকই । অদুনা শানোংবনা চীংথক্তা য়াখল তৌহুনা লাল্লোং হেংওনা লৈ ।

শানোংবনা কাছাড় লালমীশিংদা—য়াক্লা লাল নেক্লকপা মুসলমান-শিংনা য়াক্কী লালজিং লাল্লোং ওায়দনা মহোয়না আলজিং থংহুনা মাং থানা ফুজিনথ্রিবসি য়াক চিংনরে । বানিয়াচংগী মুসলমানশিং অসি লাক্লথ হায়বা নখোয়সু খঙিবা অহুনি । য়াক্তি নিংথৌ ওয়গে তানবনি, ঈরৈপাক্তি মাওহনবা পামদে । লৈপাক অমদা লাল তাববু, থৌবু য়াক্কী লাল্লোং, লালশিন ওায়দনা, খুৎনেক মহোয়না মাং থানা ফুজিন-

থিবা অসিদা ঈরৈপাক মাওবা হিংবগী রাকম অমা লৈরি ।মহোয়না চুমা মাংথাখিবগী রাতা ওইরবদি, য়াকী রা ডায়খিনি, নত্তনা মহোয়না মরম্নাই লাল থেংনবা হৌরবদি মবুক শেংদ্রে খত্তে। লালথোং খতদনা লালবল শারুরবদি —মীতৈ লালমীনা মহোয়বু শোয়দনা লাঙ্গোইচন্দুনা কাখিনি। হৌজিক্কি মহোয়না য়াকী মাং থাগ্রবনিনা মহোয়গী রা অমা ডায়খিদবা রাদ্রি হায়দুনা শানোংবনা কাছাড়গী লালমীশিংগা চীংথক্তা লালকাহ্নুনা লৈ।

শানোংবনা নেক্কাক্লীবা লালমীশিং অসিদি আকবরগী মতমদা সুলেমান কররানী কৌবা পাঠান অমনা মমিংতা ওয়না আকবরগী মখা পোল্লগা বাংলা লৈপাক্তা মমিংতম্না পাল্লম্মী। মাগী মতুংদা মচানিপা অত্তোনবা দাউদনা বাংলা লেশকী নিংথৌ ওয়হ্নুনা, বাংলা স্বাধীন ওইরে হায়না লাওথোক্লে। মাতু তাবদা আকবর মশামক্তা লাল লাক্কুনা, আকবরগী তেঙ্গোলনা পাটনা য়ৌরকপদা দাউদ কিহ্নুনা চেনখ্রে মথ গী চহিদা দাউদনা আকবরগী মখা পোল্লগে হায়না সন্ধি তৌরহ্নুনা আকবরনা মাবু উরিষ্যাদা শাসন পুহল্লে থাবরগী মতুংদা অমুক দাউদনা বিদ্রোহী ওয়রক্কুনা আকবরনা, তানরকপদা খৃষ্টাব্দ ১৫৭৫ দা দাউদ মায়থি, আকবরনা মাবু হাৎলে। দাউদকী মতমদা লোত্তুনবা য়াওরকপা conspirator পাঠানশিংনা লুচিংহ্নুনা বাঙ্গালী মুসলমান ময়াম বাংলা লাক্কোরক্কুনা শ্রীহট্টকি বানিয়াচং কৌবা মফমদা পাংথি কোমথি, উলুং রাম্নুংদা খুন্দাহনা লৈবা মুসলমানশিং অমুনা কাছাড়গী জঙ্গল জঙ্গলদসু মা— মাগী হিংনবা য়েংহ্নুনা কাওবু কাওবু লৈখি। মীতৈ লৈপাক্তা লালদায়কপা মুসলমানশিং অমু মহোয়গী মহৌশা ওয়বা মপুকচেন শানোংবগী খুংনেক্তা ওয়না লাকপা নত্তে,

খুদোং চাবা ফণ্ডাবদি, লাল ওন্থবদি মীতৈ লৈপাক লৌগে, মুসলমানগী লৈপাক ওয়থোক্নে নিংছুনা লালদারকপনি। অছুনান শানোংবগী মখা পোন্দনা মনিং তম্না মাং খানা কুজিল্লকই বা।

অসোমদসু নিংথৌনা হাপ্লা লালজাবশিংনা; কাছাড় রোমদগী পাঙল তেঙ্গোল অমা তম্পাক তারক্লুনা তৌবুলদা চংথ্রগা য়াঙ্গোই মপান্দা লালবল শাডুনা লৈরম্নে হায়বা পাও স্না কোঙুং য়োবকম্নে। লাঙবুং য়ৈছুনা মীতৈ লালমী লালগী শেম শাবা লোয়রে। খাগেম্বা নিংথৌ মশাম্নক লাল লেংথোকরে। পাঙল তেঙ্গোলনা য়াঙ্গোই মপান্দা তেঙ্গোল শাডুনা লৈবহ্, য়াঙ্গোই অকোয়বদগী লম্মৈনা লাঙ্গোই চল্লগা, তৌবুলদগী মোরোক মৈশুং থারগা, খোইজুমান খুলক্তা চেল্লবা থোংজাওরোক মরীন্দা নমথুবা ফারসি হায়না লালথোং শিন্নরে। লম্মৈনা মায়কৈ অকোয়বদগী চাকশিল্লকপদা মৈরম লৌবা হৈবা মী য়াওরম্মবস্ত মৈরম লৌচনগুমসি হায়ছুনা শগোল তোংবা অথন্নবা লালমী ১৮০ অমা লালথোং শিন্দুনা থম্মে। অহিং অথেংবদা নোঙাল্লমদায়দা লম্মাংদোংগী চৈংদোনপোমদগী লোকতাক তম্না লুমথরকপা ঙুংশিং অছুনা য়াঙ্গোই খোংবন্দা পুখিনবা, ঙুংশিং লাকপা মতম চানা তৌবুলদা মোরোক মীপোং ১০০ মৈ থাশি। লম্মৈনা তান্নরকপা পাঙল লালমী-শিংছু তৌবুলদা মোরোক মৈথুগা মায়োক্নহল্লগা মরাইনা খোইজুমানগী থোংজাওরোক খোংঙুংদা চাইগৎচরকনি হায়তুনা লালথোং শিল্লে। লম্মৈ থাবগা, মোরোক মৈ থাবগা লালহাং লৈতনবা লম্মাংদোং চৈংথক্তা ইরাংমৈ (Signal fire) পিনবা শেমখরে।

লম্মাংদোংদা হৈ শিংলবা ময়ায় কারবা স্না খুৎপু শগোল-তোংবা লালমী (Troops) ১৮০ না মাং থাবা অচৌবা তেঙ্গোল অমনা

সিগ্রেল কায়ার ভাইহনা লৈরে । য়াঙ্গোই রাংমদা মীতৈ তেঙ্গোল অচৌবনা, লমৈ খাহনা লাল তকশিনগদবগী (Assume the offen-sive) সিগ্রেল কায়ার রেংহনা লৈরে। তেঙ্গোলগী শেম-শাবা খোরাং ঙোয়রে হায়বা পাও কণ্ডাহনা অহানবগী লাল তকসিল্লো হায়বা ঈরাংমৈ লম্মাংদোং চৌংথক্তগী পিরে। অরাংদগী নোংপোক, খা, মায়াইক অঙম খোম্না মতম অমতদা মীতৈ লালমীনা লমৈ চুরে। তঔ, শিংনাং শিংউং, লাং অমসু চরোংনা য়াঙ্গোই খোংবালগী মতুংদি। শঙ্গং লমহুইগী মকোয় । লম্মাংদোংগী পম্মবা কৈগী চাকতাঙমনি। য়ুম্নীতরেংমুক চাওবা ঈশিংখারো লীন্না হৈনজগ্রবা মকমনি। প্রেক প্রেক চাকখংলকপা মৈনা, ঙরুং ঙরুং তৌরক্তুনা প্রোক প্রোক পোকখায়না চাক্লকপদা চৌংদগী হউ হউ হুমধরকপা ঙ্গাশিংনা মৈগী মরৈ তঙ্কান তঙ্কান্না চাকখৎলকপা মৈরী রাতোন খেংখরে। খণ্ডহৌদনা মায়কৈ খৎনা খোম্না চাকখৎলকপা মৈগী মৈরী উরকপদা; পাঙল তেঙ্গোল করম্মো, কদোমদনো মিপাইনরে। খোংগং খাগী মকং করবা লমৈনা তকশিল্লকপা নকশিল্লক্লে পাঙল তেঙ্গোল। চৌংদগী হুমধরকপা ঙ্গাশিংনা য়াঙ্গোইদা ফুরগা হল্লকপদা মৈরী খোল্লক্তুনা, মৈশা খেৎপা ঙ্গাশিংনা মৈবদা লৌদনা কারে পাঙল তেঙ্গোলদো। কেমুখী মৈশা লাংবদা পাঙল তেঙ্গোল কনানা কনাবু হৌনদে, তৌবুল তম্না চেনখৎলকয়ে।

অনিশুবা ঈরাংমৈনা তৌবুলদা মীতৈ তেঙ্গোলবু মোরোক মীপোৎ ১০০ মৈ থাহন্দুনা, অওম্বা মোরোকী মৈথুনা নোংদোল তম্মকপদা চৌংগী ঙ্গাশিৎনা মৈথু মতোন খেক্তুনা য়াঙ্গোই খোংবান তম্মকই। মৈশা খাঙবা ঙমদহনা চেনখৎলকপা পাঙল তেঙ্গোলদো, হাকথি মায়োক্লহুনা নিংশা চৌংখৎপা ঙমহ্রে। মায়োক্লরিবা খুদোংথিবশিংহু খাঙবা ঙম্বা

পোত্তা নত্তদনা পাঙলশিংদো—"আলাই আলাই" হায়দুনা উপথু উপথুননা খা-ওন্দুনা চেল্লকই। ম্না-খুৎপু শগোল তোংবা লালমীনা থংতুনা পাঙল ১৫ হাংলে। তেঙ্গোল পুন্নমক্কা খোংজাওরোক মরীনগী খোংম্নুংদা হোইজিল্লগা মীতৈ তেঙ্গোলনা খোংবান্দা লাঙ্গোই চন্দুনা কারে। পাঙল তেঙ্গোল্ খুদোংনা চাদ্রবনিনা অতেব শলগা পাংথক ওয়রে, মথুংত্তগী খুংলাই থারে। থৌরি লিশাং অমনা পাঙল ১০/১০ পুন্দুনা ম্নাকোম্নুং তাম্না হোইদুনা পুরকই। লালকা কৈগুম শঙদা থম্মী। মতৌ অম্নমা পাঙলশিংনা মীতৈ লৈপাক্কা খুন্দাখি ( শানোংবা হিগাইরা।)

মণিপুরী মুসলিমদা জনাব খাননা হায়রিবগী শমপৎনা—মুসলমান-শিংনা মণিপুরদা খৃঃ ১৬০৬ তা লান তারকখি। ......... মুসলমান-শিংনা নোংমৈ ১০০০, শামু ৩০, শগোল মতিক চানা, লালমী লিশিং কয়া পুরকখি। মুসলমানশিংনা মাং থারক্কুনা য়াঙ্গোই খোংবান্দা তেঙ্গোল শাদুন লৈরে। মতম অসিদদি কাছাড়গী লালমীদি চৈংদোম্বা লৈদুনা, তম্পাক্কা শেম শারিবা অহিংদা মৈবুল পায়দুনা শগোল তোংদুনা চেল্লিবা তৌময়াম পুনশিল্লগা মৈ থাদুনা প্রোক প্রোক লাওবা মখোল নোংমৈগুম থোকহল্লিবত্ত উকরগা, তারুরগা শানোংবনা মণিপুরদা নোংমৈ অমতা লৈহৌই হায়বত্ত থাজরক্লে। শানোংবনা মৈতৈ নিংথৌগা লৌতুনদুনা ময়াং ফাগদৌরিমাল্লে চিংনরক্কুনা মুসলমান-শিংবু পাউ খঙহল্লমদনা লোম্না অহিং অমদা কাছাড় লালমী হন্দুনা চেনখ্রে। মুসলমানশিংবু হন্দোকপিরমদুনা চেনখিবদুদা মুসলমান-শিংদি শাওবনা মৈ হৌরে। মুসলমানশিংদি ময়াংগুম্না কিগনবনি নত্তে। হায়নখিবা রা ত্তাকপসি মুসলমানশিংস্ন খ্বাইদগী অথোইবা

লিচৎ ওইনা লৌনৈ। মৈতৈগা লাম্হেংনগনি হায়দুনা লাক্রবনিনা লান তৌদবা য়াদে থন্মুনা লান কন্না শোক্লবা হৌরক্লে। লানফমদি তৌবুলদনি। মৈতৈ শগোল তোংবা ১৮০ না মুসলমান তেঙ্গোল শুপাইগে চেনসিনখিবদা মুসলমানশিংনা নোংমৈ কাপশিল্লকপদা মী ১৫ চুরে অতৈনা কায়হনা চেন্নরে। অসুম তৌনা নোংমৈ মমাংদা কনা অমত্তা চঙনবা ওন্নদ্রবদা খাগেম্বা মতোম্মতা লানফমদা চেনশিনখ্রে। লান কন্না শোক্লুনা লাম্মী কয়া হাংলম্মবা মতুংদা ঈমু য়া শাবনা থুরৌনদুনা মহারাজ শগোল মথক্তুগী তারে। মুনোম খান লানজিংবা লাংমৈ লাংজৌ ১১ খেৎপন ফারগা পাম্বোম থুপলৈনা কিশি লৈংগনা মথুং পুল্লে। খরাই শৌরগে হায়দুনা তা থাঙৎলবদা নোংশমৈ অথোবনা মুসলমানলোমগী মী শারগা ময়াংলোন্দা মণিপুরগী নিংথৌনি, নিংথৌ ফারবদি মণিপুর মায়খিবা পীরবগুম্বনি অদুনা লানজিংলেন মুহম্মদ শানীদা কৎলুবসি হায়রবদা মুনোম খাননা য়াখিরে। মহারাজবু পুল্লকপ লৌথোক্লগা ইজ্জৎকা লোয়ননা শগোল তোংহন্দুনা মখোয়গী তেঙ্গোল লোমদা পুরিভৈদা নোংশমৈনা চেল্লসি হায়না মৎনা ঈঙ্গিৎ পীরবদা থাগেম্বগা নোংশমৈগা অনিনা মুনোম খান লানজিংবা অসুং মনাক নকপদা লৈবা মুসলমান লালমীশিং হাংলমলগা মৈতৈ তেঙ্গোল তন্না চেনাশনখ্রে।

নিংথৌ নাম্থোকপ্রবদা মায়কৈগ অনিমক লান কন্না শোক্লরে অদুবু অমনা অমবু মায়থীবা পীবদি ওন্নদ্রে। খাগেম্বা মহারাজনে, মনাক খুংজো খুরাই লাকপনে, নোংশমৈ অথোবনে, লানজিংবশিংনে য়া হায়রে। লৌশিংনা মখোয়বু মায়থীবা পীবা তায় হায়না লেপ্পদুনা ময়াংলান হৈবা নোংশমৈনা অখোৎপা য়াহৈনা মুসলমানশিংদা য়াশক্লগা পাউ অসি হায়রে—"হে প্রসেনা লানচিংলেন ও, প্নোইরৈ ঐখোয়মু

হলম্নাইরগে ( হল্লগে ) থোংনাং নখোয়গ্নু নিংনা তেনা হলম্নাইখিয়ো হনখরো। মা লৈপাক অনি'মা রারম মাকলেন ভাইনসে থোংনাং নখোয়গ্নু খুংগু-খুংলাই থনমলো পোইরৈ ঐখোয়গ্নু থনমগে।

পাউ অসি তারবদা মুসলমানশিংদি থাজরদুনা খুংগু খুংলাই য়াওদনা মুসলমান লুচিংবা ১৬ অহু লাক্তুনা নিংথৌ মায়োক ফম্না কোলোই অমেওবনা রারী শারিবৈদা নোংলমৈনা—নখোয়বু ঐখোয়না ওবলেন লাঙ্গোই চম্না কোয়বে নথরাই মাওদনবব থাদোকপিগে ঐখোয়দা লোই হারম্মু হায়না রাহম্লবদা—শেখ শানীনা খুমখি—নখোয়দুম ঐখোয়দা লোই হারো নখোয়না লোইহা পুরুমজবদি ঐখোয়দি পোইরৈ লৈবাক চানা মবৈরগে। রাহৈসি তাবদা নিংথৌগী মনাউ-মুপা খুরাইলাকপনা প্রসেনা ল'নজিংলেনবু শামু খুজেং চম্না কারে! থোংনাং লানজিংবা তরাতরুক মাবু শামু তুংবুননা মা মাওদা কৎলবদা নিংথৌনা রাহম্লকখি—ঐখোয়দা লোইহা পুরুম্বনা কাবর', নখোয়গী প্রান থরাই মাওবনা কত্রা? প্রসেনা লানজিংবা নংনা লৌশিং চানা থনজরো।" হায়রবদা প্রসেনা লানজিংলেম্না খুম্লকখি "ঐদি থোংনাং অতৈবা ময়াং অয়ম্ববু নত্তে তরফ মা লৈবাকী দক্ষিন খানা পাংবা রোমগী নরাবনে। ময়াং মীনম্বগী মীসুং লংগীবু শিওেল অরেম্বদা প্রান থরাই মাওবদি কত্তে নরাব ঐনা পুরকপা শগোল, শামু, দোলাই, খোওমী, নোংমৈ পিয়েং খুংলাই মীনাই পুম্নমক লোই কারগে। হায়না লোই হাখি।" ·········মুসলমান পুম্নমক মণিপুরদা লৈরো হায়বা য়ারবদা মণিপুরদা খাগেম্বা মহারাজনা মখোয়না মবৈবাক্তা অমুক হনখিদনবা লম অসিগী মুপী পীদুনা লুনা চাম্না য়োকপিখি। অসি ওইরে।

---

# ঈনাৎকী মতাং

( A culture or social heritage )

মণিপুরদা লাকখিবা পাঙলশিং অমু, পাঠান মোগলগী ধরা, মৈ চঙবা পাঙল কংবু ভাক্তা ওয়সমু, মাত্নগী দমক ঐখোয় করিমু খল্লুদে, মীতৈগী লাললসিনি, লালদা ফারকপনি। চুমথোক্নগদবদি মথাগী থরা অসিনি—খান সাহেবনা ইরিবা অহুদগী থরদং লৌখৎকে—

১ (ক) "মীতৈশিংনা পাঙল্লা পুথোকপা ইয়োংনি হায়রনা পাঙল ইয়োং হায়নখিবনি। মখোয়না শিজিন্নবা তেম নত্রগা দেম অহুবুনা পাঙল্লা পুথোকপা তেমনি হায়রুনা পাঙনতেম নত্রগা পাঙনদেম হায়নখিবনি। মাসি বায়স লৈতবা মীতৈ ইপা ইপল অয়াম্বনা চুমই হায়না মানরবনি।"

জনাব খাননা হায়রিবা অসিদি—নাকোয়ননা ( indirectly ) মীতৈবু ফীজেৎতবা অসভ্যনি, জঙ্গল পিপলনি হায়বা নত্তুনা করিনো? মাসিদি জাতি অমবু পুল্লপনা ঈকায়বা পিবনি। খান সাহেব! জাতি অমগী চৌপ্রবা ইতিহাসকী মরমদা করিগুম্বা থরা ইগে হায়রবদি —কলচরেল এনথ্রোপোলোজী সোসিয়েল এনথ্রোপোলোজী ষ্টডী তৌগদবনি। অনিসি ষ্টডী তৌদনা সমাজগী শকফম ( Social dimension ) লেপ্পা ওমোয় হায়বমু কলেজগী লেকচরর অমনা খঙভম পোকই; খঙভম থোকপা খঙদববু মাকী কলমনা করি হায়রা থোনসিগে! যুক্তি প্রমান লৈতনা হায়নিংবা অমা জাতি অমগী মথক্তা হেক্তা হায়জিনবা ওম্মীবা খানগী থৌনা অসিবু করম্বা মথলগী থৌনানো।

ঐখোয় মোগল শাগৈনি হায়রিবা জাংলা! খান সাহেব! নশানা পিরিবা ক্রোনোলোজী অসিগী মতুং ইন্না, মোগল সাম্রাজ্যগী মতমদা মীতৈ নিংথৌনা মখোয়বু ফাহ্নুনা থম্মবনি।

(খ) পাঙ-তেম = পাঙ-দেম = পাঙাদেমনি। পাঙাদেম্ য়াঙদনা ফী শাবা য়াদে। মংনা ফী ওয়রক্লবগী পাঙাদেমনা কারণনি। ন্যায়গী মতুং ইন্না— (ক) নিমিত্ত কারণ; (খ) সমবায়ি কারণ; (গ) অসমবায়ি কারণ অহুমনি। Aristotle distinguished among (I) the material cause; (2) the formal cause; (3) the efficient cause; (4) the final cause; (5) the first cause. মখা অসিনি। কারণশিং অসি নৈনরকপদা—মংদগী ফী হেক ওলহল্লিবা পাঙাদেম অসি ফীগী নিমিত্ত কারণ নত্রগা efficient cause নি।

মংদগী ফী ওয়হল্লিবা পাঙাদেম লৈরমদে হায়বদি, ফী লৈরমদে হায়বনি; ফী লৈরমদে হায়বদি ফীজেৎতবা হায়বা নত্রা! ন্যায় অসিদগী খান সাহেবনা ফনা হৈশিংহ্নুনা, লোলদা তৌহ্নুনা নাক্লোক্নুনা থৈদোকখিবা ঙমগত্রা? জনাব সাহেবনা নাক্লোক্লবা হোৎনরক্রবস্ত মাহুবু ন্যায়না কংয়েৎ (paralogism and sophism) কৌই। তর্কগী চালাকনা পাওথুমগী য়াৎপা লৈতে হায়হ্নুনা কংয়েৎ তৌহ্নুনা (logical deception); জাতি অমবু ফীজেৎতবগী অর্থ থোকহন্দুনা পুলপনা হৈকায়বা পিবগী তেকচাক অসিদগী নাক্লোকখিবা থক ঙম্মোয়। পাঙাদেম য়াঙদনা করিমা ফী শানি খান সাহেব! চৈনা লেংগদ্রা! মাহুনা নিংখি ফক্রবা ফী ওয়বা য়াগত্রা?

(গ) জাতি অমগী মরমদা করিগুম্বা খরা হায়বা তারবদি, জাতিচুগী পুরাণ ইতিহাস অমসুং সাহিত্য মশক খঙগদবনি ! মহাভারত অমসু রামায়ণ পাবগা ভারতকি আর্য্য সভ্যতা মশক খঙবা ঙম্মী। অদুগুম্না মীতৈ মশক খঙগে হায়রবদি—মোইরাং-কংলৈরোন পারগা মীতৈগী সভ্যতা মশক খঙবা ঙমগনি। মোইরাং-কংলৈরোনদা খোইবীনা ফী শাববু অসুম্না শৈথানৈ—"নুরাদা ভাঙোই খাদোই, মমোম লাংলেন খোইবীনা, থাঙ্গা নিঙোল কাগী, নানবা ঈয়োং শঙদা, অশেংলংদি অনায়রং, মিরাংগুম্না হনবা লং, কাকয়েন খুম্বিম চু-চু, লিফা-খোইফা লিশম-খোইশম, শুনা পরৈ লংখুবৌ—পোং ফকশা, খাংচেন ফকশা হৈকোয় ফকশা, লাইয়ু ফকশা, চকফী ফকশা—খেউ পাঙাদেম চীন্দুম্বী, তৌগী লংচাক নাম্মীবা, হুন্নরংচাক পানঝিল্লে, য়েংনা কাঙ ওয়না ওক, ওয়না কাঙ য়েংনা ওক, চেক্লা শাইতাং মখোলগুম চীরিক চীরিক কারল্লৌ, চরৈ পাঙদিং নাৎ তাল্লকপা ; ফজৈ হায়দা সনাদো, ননায়না থাবনা মল্লাৎলি, থাদোইনা ফজবনা মহেল্লি।" অসিনি। অা অদুডৈ মোইরাং খোইবীনা পাঙাদেম হুনবগী মখোলবু শেন্দাং খোংবগুম চীরিক চীরিক লাওই হায়তুনা অশৈবশিংনা শৈথানরিবা পাঙাদেমবু, জনাব খাননা ১৬০০/১৭০০ এ, ডি, দা পাঙলনা পাঙাদেম পুথোকই হায়বা ঙম্মীবসি অঙাংনা মৈ কিদবগুম্বনি। খান সাহেব ! মৈ পায়বা পোকপনি।

জনাব খানগী লাইরিক অসিগী রাহৌদোক্তা লমায় রোমান viii তা—"মী কাঙবু অমদি পাঙল ঈয়োং হায়বা নত্তে 'পাংয়োং' হারবনি হায়না হায়রি। মাসি পাঙল ঈয়োংনা অচুম্বরা নত্রগা পাংয়োংনা অচুম্বরা হায়বা অহুদি তুংদা অমুক্তা হেন্না থিজিনবা কাঙবুনা

লেপনবা তারে।" হায়দুনা খান মশামক্না পাওল ঈয়োংগা, পাংয়োংগা অনিগী অচুম্বা লেপ্পসি ভুংগী মীদা শিন্নরম্মবনি। খান মশামক্না লেপ্পা ( Decision ) শুমজ্রিবপোৎ অদুবু, রোমান viii দা হায়খিবত্ত তোক্কুনা, লাইরিক অদুগী লমায় ৬৩দা—"পাওল্লা পুখোকপা তেমনি হায়দুনা পাওনতেম নত্তগা পাওনদেম হায়বনি। হায়বা য়ারোয় ( Reasoning ) অমদা পোরকয়ে। মাদুগী পক্কদা—বায়স লৈতবা মীতৈ ঈপা ইপল অয়াম্বনা চুমই হায়না য়ানরবান" হায়রি। খান সাহেবকিদু য়াদবা মথৈবু বায়সলৈবা তাহনগদৌরি। মশানা হায়দোকখিবা য়াদু লাল্লে হায়দুনা শেংদোকঅম্বা নত্তনা, নমথনা চৎখিববু ন্যায়গী লোলদা সংস্কৃতনা—অনৃত, ইংরেজীনা lying হায়বা তারে। মীতৈরোন্দদি মাসি পাক হেক হায়নদে। মাসিবু লোজিকনা—Unrighteous Verbal Activity কৌই।

খান সাহেব! পাওলনা হৌদোকপা পাওল-ঈয়োং ওয়রবদি—য়োংখমদা ফী শাবগী মপোৎ-মচৈশিং অসিগী মখিংদা উর্দ্দু নত্তে আরবী মরোনগী মখিং-মথা থরদি শোয়দনা য়াওভম থোকই। য়োংখম কোন্নবা, নারোংখোক, হভাকচৈ, শিংমিৎ নাচৈ, শমজেৎ, থুৎনেং (থোংনেৎ), কারন-তেম, পাওাদেম, নায়েৎ-থৌরী, নাংনমজৈ, শুনাউবাক শুনাথারাক, শিংকাপ, নাৎ লন, তোংলম, নাৎকাওবা, নাৎ-ফাবা নাৎ-থাবা পুম্নমক মীতৈরোন মক্তনি; উর্দ্দু, আরবী মরোন নত্তে। লালদা কাহৌবা সিপাইনা, লালগী লাংলৌ হৈরম্বদি য়ায় ; ক্রাফপ্টস্‌মেন য়াওরমগনি হায়বদি ঐখোয়না খাজদে। য়াওরম্বসু ওয়রো। পাওল নিপানা ফী শাবা কয়া উদে। অদুদৈ মীতৈ মুপীদা তম্বীখোকঅগা পাওলদি তোকপ্রবা জাৎলা? পাওল নিপাদি থম্মদনা, পাওল মুপী

কাওবা খাংগী কী নত্তনা পাঙয়োংগী অনানবা কী অমত্তা খাইরমন কৈথেলদা য়োল্লবা উদে। মীতৈ লৈপাক্কী রাংমা আসাম বেঙ্গলদদি পাঙল নুপী অমতা কী শাবা উদে।

মীতৈ নুপীগী হেণ্ডলুমগী কীনা ভারতকি সহর খুদিংদা, কৈথেল খুদিংদা, মীতৈ নুপীগী মকম অমা ফজনা য়াবা অসিদা, জনাব খাননা, মীতৈদি পুকফবনি, নপশিল্লগা পংধবনি, ওঝা পণ্ডিত কাক্কা হায়জিল্লগা পাঙল ঐখোয়না মুনবা য়াবনি খল্লবরা ? "পাঙ" হায়বদি য়োংখমদা তিভিবা কী ওয়গদোরিবা ফ্রেম অমনি। পাঙ অতুগী কীবান অত্থ তেমতুনা পুই হায়তুন—পাঙ+তেম=পাঙাদেম কৌই খান সাহেব! মীতৈরোনগী ইটিমোন মিনিংবা খোকপা, পোং অতুনা তৌখোরকপগা চানরবা, অসিদগী হেন্না অচুম্বা অমা খোরকজরোয়দবা পাঙাদেমনি। খান সাহেবনা ইটিমোন মিনিংনা, পাঙল-তেম হায়তুনা পাঙলনা পুখোকপনি হায়নবা হোংনবদা, মাতুগী সপ্লোর্টতা—"কী শাবম শাগে" হায়বা অমা লৈরিবা অসিনা মুসলমানশিংনা কী শাখি হায়বা অতুগী প্রমানদি অতুম ওইজরবনি" হায়বা য়াহে অসিনা, পাঙলনা পাঙাদেম পুখোকই হায়বা রা অসিদা কারিমত্তা সপ্লোর্ট তৌদে। পাঙল কীশাবা হৈতে, শারক্কে হায়বসু কনা অমতনা হায়খিদে। অতুনদি মরী-লৈনদবা রাভাও চাদবা ( irrelevant talk ) কৌই। মাসিবু লোজিকনা—Unrighteous Verbal activity কৌই।

জনাব খাননা হায়রি—

"নোংশমৈ পুরাণগী মতুং ইন্নদি.........মুসলমানশিংনা ইহান হানবা ওয়না মণিপুরদা খাগেম্বা মহারাজগী হাক্তা লৌ লিংবা

হৌদোকখি।.........মাসিস্থ মুসলমানশিংনা মণিপুরদা পীখিবা চাউরবা কন্ত্রিবিউশন অমনি।" অসি ওয়রে।

২। (ক) জনাব খাননা জাতি অমগী কলচরগী মরমদা করিগুম্না থবা হায়নিঙাবদি জাতিকুগী ত্রেডিশনেল কষ্টম মশক খঙগদবনি। ত্রেডিশনেল কষ্টম মশক খঙদনা, অরানবা (Metachronism) নোংশমৈ পুরাণগী মরা লৌদুনা, মীতৈবু "খাগেম্বা মহারাজগী মমাঙ ফাওবা লৌ-লিংবা থসি খঙনরমদে' হায়রিবসি, জনাব সাহেবনা কলচরেল এনথ্রোপোলোজী হায়বা বিজ্ঞানগী মিয়েং অস্থ য়াওদবনি খঙদদুনা পঙগায় হায়বনি, লাল্লি। pseudo statementগী রা লৌদুনা, মীতৈবু, পাঙলনা লৌ-শিংবা তম্বী হায়বা হৌনদে। মীওয়বনা লৌ-উবা তৈরকপা কয়া কুইরবগে হায়বদু অহানবদ খান সাহেবনা খঙবা ফে। লৌ-উবা হায়বদি = civilization ; cultivation ; culture হায়বনি। ১৬০০/১৭০০ এ, ডি, দা পাঙলনা, মীতৈবু কলচর তম্বী হায়বগী অর্থ থোকহল্লিবসি, জনাব খান্না লালঙ্রে হায়না হল্লোকদবনি।

(খ) Traditional Custom—folk-song

লৌতাসে হৌন-ঈশৈ——

(i) হা মালেম শলপোৎ-লৌ, মালেম থিংগাই হৌরেদা, ভিংগোই পুমথাং লোল্লেদা, লৌতাসে হৌনরে, হে-হে হোই তৌ হায়া নাকেদা, হোই তৌ হায়া নাকেদা, শলপোৎ লৌনা হোইবদি হো হোই, হো হোই।

লৌতা-ঈশৈ——

(ii) হে হে হে ঈয়ো, হে হে হে ঈয়ো। য়োয়বু নায়বু হে ওক্সবা কৌথা খুনজেমসে। য়োয়বু নায়বু হো থুংনবা কাওথুম তানজেমসে ॥

খুলং লৌনা-ঈশৈ——

(iii) হোই তৌ হায়া নাকেদা, হোই তৌ হায়া নাকেদা, হা খোইনৌ ঈতাশা লোইমোম পান্দোং লিংবদি, চীনখোম ঈবুং ওক্সবা রা-গী(অথুম্বা রাহৈ) ফাজেমসে, য়োয়বু নায়বু ওক্সবা হীরী কোনজেমসে ॥

লাংবন কাবা-ঈশৈ——

(iv) চৈরোং চৈবু লেংদা থোংহুনা——হে হে হে ঈয়ো, হে হে হে ঈয়ো, মারৌ কারে হে ঈয়ো, লাংবন কারে হে ঈয়ো. হে হে হে ঈয়ো, খামজা খমলে হে ঈয়ো, হে হে হে ঈয়ো

নিপানা—য়োয়বু নায়বু ওক্সবা—মুঙগী থরোই তানজেমসে হে ঈয়ো।

মুপীনা—চীনখোম ঈবুং ওক্সবা—লিক্লু লাংজেমসে ॥

মথক্কী ত্রেডিশনেল কষ্টমগী ফোক-শোংদা য়োমান iii দা লোইমোম পান্দোং লিংবদি হায়রিবসি লৌ-লিংবা নত্রা? খান সাহেব! pseudo statement দগীদি—অইববু ওয়রবসু ইদববু ওয়রবসু ত্রেডিশনেল কষ্টমনা হেন্না ওথোরিটি ওয়ন্তম থোকপনি খান সাহেব! মরম অতুনা পাঙলগা, মীতৈগা মুংশিনরকপা মরীছু থদৎকুমসি হায়রবদি—খাননা লালগ্রে হায়না হন্দোক্কদবনি।

(গ) মীতৈগী ত্রেডিশনেল কষ্টম হৌজিকমক কায়দনা চৎলিবা—রাকচিংগী থাবুংদা অয়াংলৈমা কাবোক চায়, ফাইরেনগী থাবুংদা

অরাই-অথুম হায়দুনা ঈংবম্মা অয়াংলৈমদা কাবোক অমুক্তা চায়। অয়াংলৈমা কাবোক চায়রগা লাইরৌ তায় (লাইগী লৌ তাবা হৌই)। লাইরৌ তারগা লৈপাক পুম্নমক্কী লৌ-তাবা হৌই। য়াকচিং অমসু কাইরেন্দা অয়াংলৈমাগী কাবোক চায়বদা—কাবোক্তা তাখিবা——পূলপ তাবা, চায়না তাবা, শন্না তাবা মরোং অদু য়েঙাগা কুমশিদি —পুমহুন্না ফগনি, পামকেন্না ফগনি, লিংবনা ফগনি হায়বা কাবোক্তা লাইপাও অমা পি। লাইপাও অদুবু লৌমীনা চেৎনা থাজদুনা, কুম অদুগী উগদবা লৌ অদু—পুমহুন, পামকেন, লিংবা অদুগী মরক্তা অমনা মপুং ওয়গে হায়বগী মতুং ইন্না লৌ-উবগী থৌরাং পায়খৎলি। অয়াংলৈমা কাবোক চায়রগা লৌতাবা চেকশিনবা লৌমীনা লাইপাও মতুং ইন্না থৌরাং তৌবা হায়বসিদি মিংঝিংবা থোকত্রবা মতমদগী চৎনরকইবা ত্রেডিশনেল কইমনি মীতৈবু জনাব খাননা করি ওয়না উরুবরবনো ?

Men follow customs and they behave along the lines laid down as institutions. We need a term sufficiently inclusive to encompass the whole array of these socially created usages. So they have come to be called "folkways"—Society—P. 19.

(ঘ) মীতৈগী লৌরিং-লৌপান, লৌরোক কৈগাগা মরী লৈননা থাগী মমিং থোনবা হাওরি; মাসি মীতৈগী তোপ-তোপ্পা অমনি। থৌরাম লাংবলবু তিন্দুনা শরং কৌই, মীতৈনা লৌপান-থা কৌই। খাননা, লৈপাক অসিদা—"পুমহুন হুনবা লৈরমই, লৌ লিংবা খঙনরমদে" হায়বসিনা চুম্মবদি,—থৌরাম লাংবলবু লৌপান থা

কৌরম্মোয়। করিনা, ঈপ্তা নোং মরক্তা উকায় ভক্তনা পুমহুন হুল্লব'দি হারৌনা কৌয়ে'ন চিকথংলি হায়হুনা, কালেনদা পুমহুন লে যঘে। পামকেন কাওবা অহুনবগী মহুং চল্লি হায়হুনা পামকেন য়াওরগনা ঈভাদা লৌ খুংথারে। খান মশামক্তা য়োমান viii দা হায়বদি পুমহুনতনি পামংকন য়াওদে। অহুনদি কালেনদা লৌউবা পুমলোয় লোয়রে। মীতৈনদি—থৌরালদা লৌ লোয় হায়হুনা থৌরাল কৌহ। থৌ=লৌগুবগী থৌ (থবক) অহুনি। ফৌ, চেং লৈরুবা অমদি পুশিল্লকপবু য়ালবা কৌই; ফৌ, চেং থুম য়োনববু ভায়বা কৌই। থুমদি লৈবা য়োনবা অনিমক ভায়বা কৌই। (লোল অহুনা লোল অহুগী লোলনি) থা অহুদা শুবা থৌ অহুনা, চহি অমগী ফৌ য়ালঝল্লি হায়হুনা থাহুগী মমিং থৌরাল্ খোল্লি। লৌমীগী চহি অমগী মমুংদা থ্বাইদগী হেল্লা লৌগী থৌ-চিনবা ঈভেন থৌরালবু চিনবগী মথক্তা চিল্লি হায়হুনা—চিন + চিন = চিংচিন = চিংজিন কৌরিবনি। খাগেম্বাগী মতমদা পাঙলনা লৌ লিংবা হৌদোক্লুনা, মীতৈদা তম্বী হায়রবদি—মীতৈদি খাগেম্বাগী মতম কাওবা থাগী মমিং থোনবা হৈরমদবা ভারি। চিংজিন, থৌরাল হায়বা য়ারোলশিং অসি কোল্লা পাঙলনা লৌলিংবা তম্বীরগা থোরকপা লোল ওয়বা ভারি। খান সাহেব! পাঙলনা লৌ লিংবা তম্বী হায়রিবা—"নোংশবৈ পুরাণদো" শেগাইথরো! মীতৈনা য়াদে। মীতৈ পুরাণবু ময়াংনা ইবহু হৌনদে, চুম্বহু হৌনদে।

জনাব খাননা হায়বা :—

"খাগেম্বা মহারাজগী মমাংদা মণিপুরদা মথোং অহুম পানবা দোলাই মথল অমা লৈরমই। হৌজিক চৎনরিবা মথোং ৪ পানবা

অসিদি মুসলমানশিংনা শারগা খাগেম্বা মহারাজদা কৎখিবনি। চৈথারোন কুম্বাবদা ...... মৈদিংঙু খাগেম্বানা দোলাই তোংবসুং অহুক্তৈ হৌএ" অসি ওয়রে।

৩। (ক) "মৈদিংঙু খাগেম্বানা দোলাই তোংবসুং অহুক্তৈ হৌএ" হায়বা চৈথারোন কুম্বাবগী ৱাসি লৈখিসম্বু। দোলাইগী মরী মখোং খিরকপদা মরাই ককচখিনি। খান সাহেবতা হংনিঙিবদি—চৈথারোন কুম্বাবদা আয়ঃ কেঃ ঝলজিংকি ফিঙ্গি ওক মণিপুরদা—মখোং অহুম পানবা দোলাই দমক লৈরমই, মখোং মরি পানবা দোলাইদি পাঙলনা হৌদোকপনি হায়রি হায়বদি জনাবনা পনদে। অহুবু খাননা, মখোং মরি পানবা দোলাইদি পাঙলনা হৌদোকপনি হায়রিবসিবু—পাঙলদগী কংবা নোংশমৈ পুরাণদা য়াওবা জাংলা? খান সাহেবকি নোংশমৈ পুরাণ অহুদি—"রাগৌদোককি রামান iv দা ঐহাক্না 'নোংশামৈ পুরাণ'গী কোপি অমা পুজরগা শ্রীএন, খেলচন্দ্র সিংহগী মফমদা ভান্নজবা চৎচরুবদা পণ্ডিত অসিগী মফমদসু 'নোংশমৈ পুরাণ'গী কোপি অমা লৈরমই। ঐখোয় অনিনা পুরাণ কোপি অনি অসি পাহনা কম্প্যার তৌহনা য়েংখি। কোপি অনি অসি চপ মান্নরমই" হায়না ইখ্রে। অমুক xi দা "মাসিগী মতাংদা ঐনা হায়স্ত পঙপ্রবা অহুনি। পণ্ডিত অসিনা ঐগী অইবা 'মেনুসক্রিপ্ট' ও অহু পাহনা চুমথোকপিখি।" হায়বা রা অসিনা জনাব খানগী নোংশমৈ পুরাণ অহু লাল্লে হায়না নশানা প্রমান তৌজরবা নত্র'? মরমদি—অহানবদা খান সাহেবকা, খেলচন্দ্র বাবুগা পাহনা কম্প্যার তৌহনা য়েংবদা কোপি অনিমক চপ মান্নরম্লবনি। অহুবু অকোনবদা—ঐগী অইবা মেনুসক্রিপ' ও অহু পাহনা চুমথোকপিখি হায়বসিনা

লাইরিক অতুগী বারীতুদা খান নশানবু ওয়রবস্তু, নত্রগা কনানবু ওয়রবস্তু অয়ানবা হাপচিল্লে (interpolate) হায়বতু "চুমথোকপিথি" হায়বসিনা প্রমান তৌরি। করি হায়রো ?

খান সাহেব! ঐখোয়না লাম্বা ফংত্রবা চহি ২০০/৩০০গী মমাংদা ইরম্বা—মমিংস্তু মানবা, বারীস্তু মানবা হায়বদি খান সাহেবকি নোংশৈ পুরাণগুম্বা লাইরিক ৪/৫ ফডো। লাইরিকশিং অতুগী মমুংদা, করি করিগুম্বা মতাংদা, থৌদোককি মরোং তুং-মাংগী বা, অমনা অমগা মানদবা য়াওরো। মানদবা ৪/৫ অতুগী খেনবতু উৎথোকপা নত্তনা ৪/৫ মক অমতা চুমথোকপা য়াদে। ৪/৫ অতুগী মনুংদা ঈশানা পাম্বা অমা লৌগে হায়বতুদি ঈনিঙনি। ঈশানা পাম্বা লৌরবস্তু লাইরিকশিং অতুগী খেনবা অতুদি অতুম উৎথোক-কদবনি। খঙহৌ-উহৌদ্রবা থৌদোক কয়ানা মরোন মরোন ওয়খিতুনা শুক্কা মমথ্রবা ( The dark jungle of historical events ) অতুবু ঙাক্কোকহনবদি—অমম্বা অহিংদা অশুকপা উমং লানবদগী হেন্না লুই হায়না পণ্ডিতশিংনা হায়রি। অস্তুক লুবা রাকম অমবু খান সাহেবনা খেলচন্দ্র বাবুনা "চুমথোকপিথি" হায়রিবা অসিমক খান সাহেবনা লৈবাকপু সমাজবু পোৎনা শিংনরকপনি। সমাজবু শিংনবনা মমৈদা করিস্তু অকবা পোরকপা ঙগোয়। খান সাহেব ! সমাজদা খাননা উরিবা মী অতুত্তা নত্তনা অখঙবা মীস্তু মরৈবনি। হৌগ্রবা ইতিহাসপু ঙাক্কোকহনবদি— The systematic interpretation of culture as developed in anthropology is most likely to provide the concepts and methods to illuminate the dark jungle of historical events —History & Culture—by : Philip Bagby—P. 70-71.

(খ) প্রোঃ জনাব খাননা ত্তোলাক্লনা "মণিপুরদা মখোং অহুম পানবা দোলাই মখল অমা লৈরমই। হৌজিক চৎনরিবা মখোং মরি পানবা অসিদি মুসলমানশিংনা শারগা খাগেম্বা নিংথৌদা কৎখিবনি হায়বসিগী প্রমান করি লৈবগে ? খান সাহেবনা মহারাজদা কৎননবা দোলাই অসি মী মঙানা শাখি হায়বুনা মী মত্তাগী মমিং হেক থোনজিল্লগা মীতৈদা মখোং মরি পানবা লৈরম্লে হায়বগী প্রমান ওয়ররবরা ? নিংথৌদা পাঙলনা দোলাই শাহুনা কৎলবস্থ কৎসন্থ, কাল অমা কৎপগীস্থ, হৈ অমা কৎপগীস্থ নিংথৌনা মরোন ঈরোনস্থ ত্তিন্নদবা, লীচৎ-লমচৎস্থ মান্নদবা জাতি অমগী গুপীবু অত্তোপ্পা জাতিগী নিপাদা হেকতা পিথোকই হায়বসিবু—ঐখোয়গী নিংথৌ অহ্ন পাঙলদা গুপী সাপ্লাই ত্তৌনবা নিংথৌ ওররিবরা ? নিংথৌনা পিরবস্থ গুপীশিংহুনা য়ারমগস্ত্রা ? লৈবাক পান্দ্রবরা ? মীতৈগী শাসনদা অকায়বা লাক-অবদি নিংথৌ ঙম্বা অঙম্বা লৈ হায়বসি—পাঙল মনাৎ নত্তবনা জনাব সাহেবনা খঙদবা জাংলা ? খান সাহেব খাকে, পাঙলনা কংঘিবা গুপীশিং অহ্ন পল্লরোয়; কুইনা চান্ন-চিন্ননা লৈমিন্নরকঅবা পাঙল ঈচিন-নাওশিংগী মেংদবা য়াদে। মীতৈনা, "খোংনেৎ-লেংকাং" কৌরম্বা সাদোং (বাহন) অমবু খাগেম্বা নিংথৌনা ফাংগোব মথাং বাংগালশিংনা মখোয়গী মরোন্দা দোলাই (Wrapper) কৌখি, মাহুদগী "দোলাই" কৌবা মমিং অসি চৎনরকই হায়বদি চুম্মী। অহ্ন নত্তনা জাতি অমগী মনাৎ মশক ত্তাকইবা "খোংনেৎ-লেংকাং" বু যুক্তি-প্রমান য়াওদনা পাঙলনা হৌদোকপনি হায়রিবহু, খান সাহেবনা লাল্লে হায়হুনা হন্দোকদবনি।

রাওয়াল পিণ্ডিরোমগী মুসলমান সমাজগী শককমত্ত ঐখোয় অত্তুকী মুন্ন, কুপ্পা উত্রি। শ্রীহট্ট, ঢাকা, কলিকাতাদা লৈব মুসলমানশিংন

নুংচোং-খোংদোংদা শিজিন্নবা দোলাই মুম্না উরে। মুসলমানশিংনা শিজিন্নরিবা দোলাই অদুদি, মীতৈগী দোলাই অসিগুম্বা নত্তে—কীনা কোয়শিন্দুনা পুগলৌরিবা মীচু পুবা য়াননবা চৈদা য়াম্দুনা শেম্বা "দোলাই" (a wrapper mabe of doubled cloth) নি। মীতৈগী খোংনেৎ-লেংকাং (দোলাই) দি অহম্বা অদুগী মতিক। চাবা নিংথৌনা পিবা লালঙম পজেং-ফীরান, খামেনচৎপা, লমথাং-খুল্লক, নিংথৌফী খুজী, তাঙ (তান) নচিংবা মনাফীজোন পুন্নমক্ উননবা শাবা দোলাই মরোংনি। পাঙলগীনা পুননবা মরোংনি, মীতৈগীনা তোংননবা মরোংনি, রাপুসু (ভাব) তিন্নদে। রাপু খেন্নবনা মতৌ (প্রকার) খেন্নগনি; মতৌ খেন্নরবদি, মরোংসু (আকার) খেন্নগনি। পাঙলদা চৎনবা পোৎ নত্তে। খান সাহেব হোয়গী হৌরক্‌কম্ লৈপাক্তসু চৎনদবা, মীতৈ লৈপাক্তসু পাঙলদা চৎনদবা পোৎ অমর্ পাঙলনা হৌদোকই হেক হায়বা ঙৌমদে। যুক্তি প্রমাণ লৈতবা রানি।

(গ) জনাব খাননা মখোং মরি পানবা দোলাইদি পাঙলনা হৌদোকপনি হায়বগী মাইকৈদা—"চৈথারোল কুম্বাবা অমসু শ্রীআর, কে, ঝল্‌জিৎকী "হিস্ট্রি ওফ মণিপুর" বুক্ খোপচিন্নবা হোৎনরি। লাইরিক অনিতুগী মরমদা তোপ্পা ইররোয় রা শাংদোকখিবা তারে। লাইরিক অনিতুগী মা মমাংদা মোইরাং কংলৈরোল্দা—অঙোম নোংবাননা কুম্বী তেরা খাদা, খোইবী লোয় ওকপা চৎপদা দোলাই লেং মী মরিনা পুবা মখোং মরি পানবা দোলাই তোংদুনা চৎলি। কাক্চা উকায় ফালং কাপ্পদা মনাও ঈবুঙো মথং খনবা চীনখুবনা স্নাব্বপপা খোংনেৎ-লেংকাং, মোইরাং কম্বাযবা পুন্নমক খোংনেৎ-লেংকাং তোংদুনা চৎলি। অদুনা খান সাহেবনা হায়রিবসু মোইরাং কংলৈরোলগী মতুং ইন্না লাক্লি। জাতি

অমগী সংস্কৃতিদা খুৎ থিংজিন্নুরবদি রা খোকপনি খান সাহেব! অদুনা লায়ে হায়দুনা হন্দোক্কদবনি।

খাননা, মীতৈগী দোলাই তোংবা, কাক তানবদা উরমগনি। দোলাই তোংবা হায়বদুদা লৈবা জাতি অমগী লেমজবদু, জনাব সাহেবতা ফাওরম্ম য়ায়। জীপ, কার মরাম থেনবনা য়ৌবা ওমদবা, জাতি অমগী মনাংতা লৈবা ফজবা, লেমজবদু উরুরগা. জনাব খাননা পাঙলগী ওরনিংদুনা মুনবা য়ারোয়। দোলাই মীতৈগী সিম্বলনি; পাঙলগী সিম্বল নত্তে, সিম্বল মুনবা য়াবা হৌনদে। জনাবনা ইরিবা লোলদা খোন্দাসি নহা ইবথৎলকপা মালি, নহা ওন্নরমগনি। অদুনা কাক-তানবগী অশেংবা মশক খাননা উরমখিরোয়। স্যার চুড় চান্দ নিংথৌগী মতম ফাওবা, কাক-তানবগী অশেংবা মশক উৎলম্মী, মখা তারকপদদি কাক-তানবগী লীথুল (Significance) অদু মপুং ফানা উৎখিদরে। কাক-তানবনা উৎলিবদি "কংলা"গী (গোভর্ণমেন্ট) অম্মুপ্পা মশক অদু উৎপনি। কাক তানভমদা কাকশঙ অমা শ গনি, কাকশঙ অদু, উত্রা হুয়া পানগনি। উত্রা-হুয়া পানবা শঙ্ (গোভর্ণমেন্ট হাউস) অদুদা নিংথৌনা রায়েন-চৈ (রাজ-দণ্ড; Sceptre) পায়দুনা ওহাক লেপতুনা লৈগনি. রায়েন চৈ অদু নিংথৌগী মরেপ থউম্না শাংগনি। রায়েন-চৈ পায়রবা (sceptred) নিংথৌগা লোয়নননা, লৈবাক ফম্নায়বা পুন্নমক বোডী পোলিটিক্স— এক্সিক্যুটিভ কাউন্সিল, লেজিষ্টলেটিভ কাউন্সিল, জুডিসিয়েল কাউন্সিল শুনা নিংথৌগা লোয়নননা উৎলি নিংথৌনা পায়রবা রায়েন-চৈ অদুনা, নিংথৌগী মরেপ থউম্না শাঙিবা অদুন তাকইবদি—লৈবাকী অপুনবা পাঙ্গল অদুনা নিংথৌদগী লেম্ন রাভি (চাওই), নিংথৌনা মনিঙ্ তম্না শিজিন্নবা য়ারোয়, নিংথৌ ওম্বা অওম্বা লৈ হায়রবা উৎপনি। মীতৈগীনা

লৈবাক নিংথৌনি, লৈবাক্কা মপুনি। খান সাহেব হেৎনগীনা রাজা-প্রজানি, নিংথৌনা মপুনি।

জনাব খাননা রাসিস্তু—

"খৃঃ ১৬০৫ দা আকবর বাদশাহগী মতমদা ভারতবর্ষদা হিদাক থকপা হৌদোকখিবা অদু মণিপুরদা খৃঃ ১৬০৯ দা ইহান্ হানবা খাগেম্বনা পাল্লিবৈদা মুসলমানশিংনা পুশিল্লকখি। মণিপুরদা হিদাকফুবু মঙ্গলফু কৌই" হায়রি।

৪। "হিদাক থক্পা পাঙলনা হান্না পুশিল্লকখি, হিদাকফুবু মঙ্গলফু কৌই।" হায়রিবসি রান্না নোক্নিংবা রানি। হায়রিবা অসিগী করি প্রমাণ লৈবগে, খাননা প্রমাণ পিবা ঙমগত্রা? ওয়ত্রবা রাবু। অা অদুবৈ চীন্‌খুবনা, থোইবীদা—ঈপানা ঈমোম্ ঈবেম্মা, থাইবী! অঙোম নোংবান হু য়বসিনা, ঈমোম নঙ্‌ংলাংগী দমক ঈপাদা থল্লরিবা, মপশিল-লিবা অসিদা, ঈপানা মতৌ য়েংবা ঙমত্রদুনা, ঈমোম পিগে চীন্ লাক্নোকখরে ঈপানা। অঙোম মরান্-রায়দা ফুমিং শিঙম ৫ নিদস্তু যাংগোইরু! ৫নি রাংগোইরুরগা মাই পামদে হল্লকউ! ঈপানা নিঙোল কাউজ নমল হনগে থেম্বদা, থোইবীনা, পাবুং নমোম ঙমজরোয় মরাত্রবদা, চীনখুবা শাওবা লুতোন কাঘিদুনা হিদাক মৈখু খাযোম চীন্‌বান লাওম্বদগী; নাংকি তৌ'বৈজ কোনতোপ্পা, চংকদগী মচা পাল্লুরো হায়দুনা লঙকপদা—তোংজৈনা য়ুংনা পাইশিল্লক্লুনা, থোইবীগী চগোৎনাকথং শরুদা, তোংজৈ কেজিন্না য়ুংনা পাম্নুনা থোইবী রাঙ্কখি। হায়বা মতাং অসি খান সাহেবকি নোংশমৈ পুরাণনা ককথংপা ভারিবরা? অঙাংস্তু নত্তবা কলজগী লেকচরর অমনা ওয়দবা রা ইবা হৌনবরাও! অরানবা রাসি খান সাহেবন, লাক্লে হায়না হন্দোকদবনি।

মীতৈনা থকইবসি—তামাক তামাকু নত্তে, হিদাকৃনি। হুকা, মঙ্গলকু নত্তে, হিদাক্‌ফুনি। "হিদাক্‌" রাহায় ( টার্ম ) অসি, ইচম-চম্বা রাহায় নত্তে, কলচর চঙাবা রাহায়নি। মীতৈনা থকইবা হিদাক্তি, পাঙলগীগুম্বা মৈথু পঙথক থকপা নত্তে, কানবগী রাথল অমা (উদ্দেশ্য) য়াওরি। মাদু হিদাক হায়রিবা টার্ম অসিনা অছুমক তাকচৈ। হি+দাক=হিদাকনি। মচী ওয়বা কানবা পোৎ অদুবু মীতৈনা "হি" কৌই। হি অদু তাকই হায়দুনা হিদাক কৌরিবনি। মাদুদি—মরুপ-মপাং তরামচা তিমরুবদা, কৈগু নত্তবা অমদগী য়াকপু মীনা তনা তনা হায়ঘিবা য়ার; য়াকসু মীবু তনা তনা গুরুবা য়ার। মাদুগী দমক ওঙ্কোকইদকো হায়দুনা য়ুমদা পুক্লিং ওল্লাংনা হনজিল্লকপা য়াওই। মতম অদুদা য়ুমগী ফুপীনা, নিপা হনজিল্লকপা মতম চাননবা হায়দুনা ফুঙ্গাদা মৈতল ( মৈতাল নত্রগা টিকি ) ওমদুনা থম্ম, ভাম্বকতা হিদাক নপদুনা থম্মগা, নিপা হনজিল্লকপা হেক উবগা, মৈমুংদা ওমচাক্লবা টিকিদু, হিদাক নপ্পবা ভাম্বক অদুদা হাপচিল্লগা, হিদাকফুদা পাইশিনবা উফুন-রাইফুন্ অদু কী অমনা লংনা তকথোকঅগা হিদাকফুদা ভাম্বকতু হেক পানশিনবা, ওমচাক্লবা টিকি অদুনা, মতু লাংঝিল্লবা হিদাক অদুবু হেক্ কুপ্পদা, হিদাকফু তৈথোকইদা হিদাকতু ওমচাক্লে। পুক্লিং ওল্লাংনা হনজিল্লকইবা নিপাদু, ওমচাক্লবা হিদাক অদু হেক চিঙবদা, নঙথরকপা মৈথু অদুনা হিদাকফু মহীদা তেংথোকঅগা খৌনাওদা তাপ হেক পানবদা ইংনা হাওবা মহাও অদুনা—পুক্লিংগী ওল্লাংঙম্বা পুম্নমক মিকুপতা থ্যাও লাংখিদুনা রাথল চনিঙ্ তারকই। রাথল চনিঙ তাবকঅবদি—কৈগু নত্তবা অমগী দমক চায়বা মরুপ অমদা তনা তনা গুরুবদু মরুপকি হেংদুনা য়াক্লা হেনজিনম্মালে মরুপ! রাত্তৌমু শেংদোকইগে চনিঙ্

তারকই। মীনা লাকচনা শুখিবা ওয়রবসু, রাহৈহুমা কেৎনবদগী শোয়খিবা ওয়রম্বা য়ায়। মা-মক্কা মমাংচৎতা পঙ্কায় কায়খিবা লৈ'ত্রে। মাসু খল্লুরগা মপুক ওল্লাংজন্ব' য়ায়, রাহৈহুমগী দমক মরুপ শম্বা হেক কাহনবা হৌনদে; মাগী রাহৈ অম ভাঘিগে হায়দুনা রাখল চনিঙ্ তারকই। অশাওবদগী শৎন-চৈনা, হাৎন-শুনা পোরকদবদগী কল্লি হায়দুনা হিদাক কৌঘিবনি খান সাহেব! মাসিবু কলচর চঙাবা লোলনি হায়বদা য়ানিংদ্রা?

মীতৈগী হিদাক মথক্তি পাঙলগুম্বা— অরাং-নোংচুপ ভমঘৈগী পাঙলগা, খ নাংপোক ভমঘৈগী পাঙলগা তোংজৈ অমতদা, অহুম্রুক খপ, অমুক চিংবীদা দম তৌনবী জাৎ অতুসু নত্তে। হিদাক থকপা অসিদা মীতৈগী ওয়বা সিভিলাইজেশন অমসু তোপ-তোপ্পা উৎলিবনি। নিপাম্বা হিদাক মৈথুম থক্তে। মুপী সুখ্র লৌবা, হিদাক মৈথুম থকপা, শামু শনিং তোংবা, ভামু সুখং চাবা হায়দুনা চোপ্পগী পাওরৌ অমসু লৈরি। নিপামা য়াম্না লেন নঙ্খরকপা অতৃতা থকঅগা থমগনি, মাদুদা থোয়দোকপা ইকোনোমী শুরুদে। মুপী নহাবা মৈথুম থকনিঙাগা থক্চবা য়ায়, থকনিংদ্রগা মথন্ত কাজখিনি। "আগে খাওয়া টিকি খাওয়া, মধ্যে খাওয়া তামাক খাওয়া, পরে খাওয়া ধুঁয়া খাওয়া" হায়বসিনা মুসলমানদগী তারকপা পাওরৌনি মীতৈদি চাম্নবা মরুপ কুইনা শাংনা ফাম্মিনুব্ন'দি হিদাকফু থকমিন্নবা মরুপ ওয়রগা অনিকাওগা লান্নর্ছনা থকনিংলে। কবুগুম্বা মতমদা মরুপ ৩/৪ কম্মিন্নরবা য়ায় হায়দুনা মাদুগীদমক হিদাকফু অমা তোপ্পা থম্মী। অদুনা মরুপ অহুম শুরবদি—তোংজৈ কান্নবা হিদাকফু অনানবা অদুনা মরুপ অনিহুদা পিথকই, মুসু অদুনা হিদাকফু মচাদা থকই। মী ৫/৬ শুরগনা— হিদাকফু

থকত্রে, য়ুম্বু কাওবা লোইনমক লাৈর কোন্দুনা থরুনি। লাৈর কোন্নবা মী অমগা ওাম্বক অমগা মাদু শোয়দনবা য়ুমগী মুপীনা লাংহুনা থম্মী হিদাকফু তোংজৈ থকপসিদা চাওথোক-লেমথোকপা ভাব অম শোয়নহনা, তরামচা য়ুমগা তিল্লবদি য়ুম্বু অতুম্ব হিদাকফু থরুদে। ম গি মীতৈগী .ত প-তোপ্পা সভ্যতানি মীতৈনা চাক চাক্রুক অমতদা চানিন্নরবা তোংজৈ অমতদা লাপ্পহনা থকনিন্নরবা মরূপ কতুদি, মচা মশুন—ঈপাগ চাক্রুক অমতদা চামিন্নবা, তেংজৈ অমতদ ফুকমিংবনি হায়দুনা মপ শুম্ন লুনা নিঙি; অহললিং অহনস্ব মরূপ মচাবু মচাশুম্না নিডি অহম্বা সতে পাংনৈ, ইমু মন্নুংশুম্না রাথল কমা ইথ থাদে, তুংকাওবা মরী তৎনদে মাসি মীতৈগী তোপ-তোপ্পা লৈবাক মচা ভাব কমনি।

মীতৈদি ফী তাথৎতুনা লোম্বগা খোংগ্রাই চন্দুনা চাবনি। য়ুম্বুরেম্না মাঙ্গোল ফমমেন্দ ফক অরোনব নত্রে অনানবা ফমমেনুকক থাদুনা খোংগ্রাই চম্না কমনা হিদাকফু তোংজৈ থকপা হায়রবসি মীতৈগী লেমবীনি ফরেন্ হায়রবসিন য়ুম্বুরেন্ অদু য়ুমগী নিথৌনি হায়বা তাকই। হিদাকফু পুমক য়োম্বা মীতৈগী সিম্বোলনি, হিদাকফুদ কেবা মীতৈ সংস্কৃতিনি। অসিশুম্না সংস্কৃত অমা লোয়নরিবা হিদাক থকপবু, মীতৈ মশক শণ্ড্দবা নত্রগা মীতৈবু হিন্দু ওয়নবা শিন্নবা কনানা ইবা করি লাইরিক্কী ওনাব খাননা থেংনরুহনা অম্বক পোঙনা ইরিবনো? খ ন সাহেব! মীতৈবু হিন্দু ওয়নবা তোৎনবা, মীতৈরোনবু সংস্কৃতকি লোলচেৎনি হায়নবা তোৎনবা মীতৈরোনবু তির্ব্বত ব্রহ্মা, চীনদগী পুবনি হায়বা কাংবুনা ইবা ইতিহাস মীতৈনা য়াদে, লৌদে।

মথক্ত হায়রিবা অসিগীম্ব মথক্ত সনামহী লাইমিংথৌ শক্তমগী কম্বান লৈতেংদা খুদোংফু থেম্লি। ঈবুধো থাংজীং কোইরেং লাই শক্তমগী কম্বান

লৈতেংদা খুদোংফু থেল্লি। মীতৈ ঈরূপ অসিগী শাগোৎলজরকপ ঈরাং-লাইগী লৈতেংদা চঙিবা পোং অমবু "মুসলমানশিংনা পুশিল্লক'খ" হায়বসি - জনাব খানগী য়াম্না হেনজিল্লবা ৱা'নি। মীগী জাতিগী লাইগী লৈতেং ফাওবা মুসলমাননা পুশিল্লকপানি হায়বা য়োনদে। মীগী ধর্ম্মগী লাইগী লৈতেংবা ফাওবদা য়া লোলশিল্লকঅবদি—মীগী ধর্ম্মদ য়া ঙাঙকৃয়ে হায়না লৌগনি। মীগী লাই", ধর্ম্মগী ফীজেং লৈতেংবু মুসলমাননা পুশিল্লকপনি হায়রকঅবদি আইনগী র'ংমদা হায়রকপা নত্রা ? অসিগুম্বা আইনগী য়াংম' ওযবা ৱাসি—জনাব খানন লানথ্রে হায়না মতম চানা শেংদোকহৌ! শোয়খিবা লানখিবা হায়বদি, শোয়থ্রে, লানথ্রে হায়না শেংদোকপগা হেক চুম্ম। শেংদোক ত্রবৈদা মীতৈ পুম্নমক্না থঙকঅবদি ফত্তে।

জনাব খাননা—

"খাপেম্বা মণার'জগী মতমদা লাকখিবা মুসলমানশিং অতুগী মরক্তা অফাওবা শগোল কাঙ্জৈ শাম্নবা হৈবা মী য়াওরকলম্বা তাই। মাখোয়গা মীতৈ শগোল কাঙ্জৈ শাম্নবা হৈবা কাংবুগা তাম্নরগা অনৌবা নিয়ম হৌদোকখিবম্বা য়াই। মাসি ওইরমগনি হায়বদা থোইনা ঙকনিঙাই লৈতে হায়বা য়াই।" অসি হায়রি।

(৫) জনাব খাননা য়াম্না শোম্না—"লাকখিবা মুসলমানশিং অতু অফাওবা শগোল কাঙ্জৈ শাম্নবা হৈবা মী য়াওরকলম্ব তাই। মখোয়গা (পাঙলগা) মীতৈ শগোল কাঙ্জৈ শাম্নবা হৈবা কাংবুগা তাম্নরগা অনৌবা নিয়ম হৌদোকখিবম্বা য়ায়। ওয়মমগনি হায়বদা থোয়না ঙকনিঙায় লৈতে হায়বা য়'য়" হায়দুনা অনৌবা কজবা অমা শেমগৎপদা

পাঙলগী শকুক য়াওননবা নপশিল্লি। মাসি মরম হৈরৈ-লৈতনা থাংজিল-লকপা ৱাকমনি। থাগেম্ব নিংথৌগী মথাংদনা মরোং অতুম্না শান্নরম্মী, থাগেম্বা নিংথৌগী হাক্তক্তগী মরোং অসুম্না শান্নরকই হায়বা শান্নবগী খেন্নবা মরোং অহু উৎলবদি, কদায়নো খন্নসি হায়ৰবু, খেন্নবা অহুদি উৎপা ওমদনা, "পাঙলগা তান্নরগা অনৌবা নিয়ম হৌদোকখিরম্বা য়ায" হায়বসিবু করি ৱানো! মাসিবু রা ওয়না তাবিনবা অপঙবা কনা লৈরমগদগে? খান সাহেব! হৌজিকসে লোজিকিকি মতমনি। হায়নিংবা অপাম্বা অমনা কুপখিহুনা প্রেঃ রুনাব থাননা য়ায়েং কৌবা (Art or laws of reasonig) পোৎ কমা লৈ হায়বহু উদ্রমলে। মাংবু গীতা শাস্ত্রনা পাম্বদগী মিৎতাংবা কৌই। লোজিকপু য ওত্রবদি—মাষ্টর ওফ আর্টস হায়রিবা ডিগ্রী অহুগী কুওয়ালিটিগ্ন ছনজেকত্রে, কুওয়ালিটিদা ডায়হৌবা তারে।

শগোল কাঙ্‌জৈ মীতৈগী নেসনেল গেম ন। য়াক ঈশাগী চহি ৭০ নুগজিক মৌরে, শগোল কাঙজৈ শান্নবা উরকপা চাহি ৫০ হেনজিল্লকলে। স্যার চুড়াচান্দ নিংথৌগী স্না হাক্তক ফাওবা মেরা যৌ হৈদা শগোল কাঙ্‌জৈ শান্নবা য়ারমদে। ব্রিটিশ ভারতাকি গোভর্ণর, ভাইসরোয় মণিপুরদা লাকপা মতমদা শগোল কাঙজৈ য়েংগনবা অহুনা তোপ-তোপ্পনি। স্যার চুড়াচান্দ নিংথৌনা শগোল কাঙজৈ থোনবা উহৌই, কাঙ্‌জৈ হৈ—শগোল মক্রোংদা কাঙক্রম পাস তৌবা, মাংদা চেনবা কাঙ্‌ক্রম ডান্নরগা শগোল মম য় ওন্দনা তুংদা হন্না য়ৈবদা কাঙ্‌ক্রম ৱাংনা-শান্না চৎপদা, মাংদা চেনশিল্লকপা কাঙ্‌ক্রম ওক্তুনা য়ৈবদা ৱাংনা-শান্না পাইবদা চুড়াচান্দ নিংথৌবু থাগৎনৈ। লৈপাক অসিদা পোলিটিকেল এজেন্ট ওয়রম্বা মিষ্টর হিগিন্স সাহেব শগোল কাঙ্‌জৈ

য়ান্না পাম্মী। মহাক মতম কুইনা মনিপুরদা লৈরম্মী। মহাক্কী হাক্তক্তা হাপতা কাঙ্‌জৈ হাবদুনা চয়োম্দা পাল্লো গ্রাউণ্ডদা শগোলশেল, নোংমাইজিং মু'মং ২/১ নি শগোল কাঙ্‌জৈ শান্নৈ। মতম অদুগী প্লেয়রশিং অদু তলব খর খর ফংই। মাদুদা পাঙল অমত্তা শগোল কাঙ্‌জৈ য়াওবা উদে।

পাঙলনা স্পোর্টতা য়াওবসি শগোল লমজেন্দদি য়াওই মদুগী শগোল শদিং তোংবনি; শাবল য়াওবা নত্তে মীতৈদি শদিংসু শাবল য়াওবদসু অনিমক লৈবনি। হোর্স কাইটীং স্পোর্টতা (শগোল মথক্কী লিংখনবা) পাঙল অমত্তু উদে; কনাগুম্বা য়াওরম্বসু য়াম্না, অদুবু মীতৈগা পাব য়াব অমত্তা লিংখৎলকত্তে, অদুনা ঐখোয়না য়াওই হায়বা উদে, খঙ্‌দে।

শজিবু কাঙ্‌, মেরা কাঙ্‌জৈ, মীতৈগী মচিনচৈগী ক্যালেণ্ডরনি। শজিবুদগী কাঙ্‌ শাদুনা হৌই হায়দুনা শজিবু কাঙ্‌ কৌই। মেরাদগী শম্পান কাঙজৈ শম্নব হৌই হায়দুনা মেরা কাঙজৈ কৌই। মাসিদি— "কলেন" (Summer solstice) "কুন্নী" (Winter solstice) শাদোকপনি। কাঙজ্রুমনা মুমিংকি সিম্বোলনি। মুমিংকি মশাগা কোনবা মুংশাবু,—শা = মশাগা, কোন = কোন্নবা, শা + কোন = শকোন = শগোল কৌদুনা, মাম্নবনা মীন্নবগী মহুৎ শিন্দুনা, মুংশাগী মহুৎ শগোলনা শিন্লি। মু মং খোরকপদা মঙাল মুংশানা হান্ন উই। মুমিং তাদ্বিবদ হান্ন উবা মুংশান কোনগৌই নিংথম থাদা মুমংনা য়াংনা তাখবদা, নিংথমদুনা মুংশা পাম্মবা মীওয়বনা, মুমিংপু মুংশানা য়াংনা তান্নব্রে হায়না প্রমাণ তৌনৈ। মুমিংপু মীওয়বনা মমিং তরেৎ থোক্লা থোক্লি। মাদুদি—নোংমাইজিং "মুমিৎ", নিংথোকাবা "মুমিৎ",

লৈপাকপোকপা "সুমিৎ", য়ুমশাকৈশা 'সুমিৎ" শগোলশেল "সুমিৎ", ঈরাই "সুমিৎ", থাংজ "সুমিৎ" তরেৎ অসিনি। সুমিৎকি মুংশাবু মচু তরেৎ থোক্লা থায়। নিংথম থাদ নুমিৎপু মুংশানা তান্নববু— সুমিৎকি সিম্বোল কাঙক্রমবু, মুংশাগী সিম্বোল শগোলনা তান্নহনা শান্নরগা দক্ষিণায়ন হৌরে হায়বা নিংঝিংবনি। মশক মান্নবনন্থ মমিং মান্নদবা গায়োন তরেৎকি মুংশাগী মহুৎ শিনবা শগোল তরেৎ ; মুংশাগী মচু তরেৎকি মহুৎ শিনবা শগোল তরেৎকা, কাঙথুং নাকপাক খায়-দোক্নুনা শান্নবগী কঙলেন শেম্মী। সুমিৎকি থোংচৎকি চহি পাবা (Solar year), মীতৈগী শক্নোংলোন (Astronomy) তাকইবা শগোল কাঙজৈবু ; থাগী থোংচৎ পাবা (Lunar year) "পাঙলগা তান্নরগা, শগোল কাঙজৈগী অনৌবা নিয়ম হোদোকখিরম্ব য়ায়" হায়রিবসি য়াইটরনা মীতৈগী শগোল কাংজৈগী মরমদা কারমতা খঙদনা, মীতৈগী ফজ্জব অহুদা পাঙল নপশিল্লকপনি হায়বা তশেংনা খঙ্গে

মীতৈগী কাংজৈ-কাঙহু অমসু কাঙক্রমদি ফিলোসোফীকেল সিম্বোলস্থ ওয়ব্রিবনি। কঙহুগী অশাংবা "চৈ" অহুন কাঙজৈ কৌই ; কাংজৈগী মত্তোন্দা পাল্লিবা কাঙক্রম য়ৈনবা অতেনবা "উ" অহু উপল কৌই। চৈ অমসু উ হনিহু পালঝিল্লগা কঙক কৌই কাঙহুলি কাঙহৌদগী কায়রকপা য়াহায়নি। মাহুদি—"চৈ" অহুনা 'পা" গী (পুরুষোত্তম) মশকনি, "উপল" অহুনা "পী" গী (মূলপ্রকৃতি) মশকনি। পা, পী (লাইনিংথৌ লাইরৈমা নত্রগা ঈশ্বর ঈশ্বরী নত্রগ পুরুষ-প্রকৃতি) অনি তিন্নরগা তেংবানবগী থৌরায়-য়ায়নী (প্রণশাক্ত নত্রগা universal energy) চোংথোকখি মিৎনা উবিবা তেংবানবসিগী (Phenomenal world) য়াংমশা, উথংাকুবা কোনুংদা (noumenal

world ) লাইনিংথৌ-লাইরেম্বা লৈহুনা তেংবানবসি কাঙ্বা হৌরকই হায়রহুনা—কাঙহৌ হায়রদগী কাঙহু হায়খি। কাঙকহৈবা ময়াম পাঙ্গল অঙ্কবু, মথাম অহনা তেংবানবা ( নৈ-ঙৈশিং মুংশং লৈপাক-অতিয়া ) পুমনমক কাঙ্বদ মরম ওংখি হায়হুনা, মাবু কাঙ+দা+রম= কাঙদরম=কাংক্রো পৌখি। লাইনিংথৌ লাইরেম্বা তিন্নহুন তেংবানবা ওইনবা মথাম চম তোংখোরকপা। তবু কাঙহু অমসু কাঙক্রমনা তাক্কবনি। মীতৈনা তেংবানবা অমসু তাইবংপানবগী মরূ-লেক্ষ্য থবগী কানলোন (Teleology) অতুদগী থোরকপা শগোল কাঙজেনি। মীতৈগী লেক্ষ্যদগী পোকপা পেংতা পাঙল লপশিল্লকপ পকচদে॥

মণিপুরী মুসলিমদা—

"ফুন্দ্রে হায়বা থুংনাই অসি মণিপুরদা মুসলমানশিংন পুশিল্লকপনি।" হায়না হৈরি।

(৬) রাইটরনা অসিগুম্বা ওয়ানাবা অসিবু খাম্না পাঙনা হৈরি। চুমদব মথল মাথনগী বা কুন শাইরক অমগী মশাদা পিকথল্লি। খাগেম্বা নিংথৌগী মতমদা পাঙল খুন্দাখি, খাগেম্বগী মতমদা খুংশা হৈবগী মরোং চাওথংলকাখ, মতু পাঙলনা হৌদোকপনি, তম্বীবনি হায়নিংহুনা, হায় নঙিবতুগী মতেং ওয়নবা চৈথা রাল কুম্বাবা খোপচিন্দুনা রাফম অমদা হনজিন হনজিন হায়গুম্বা অমসু অপাব শংদা কাওহল্লি। পাঙলগী খুম্নাক শাগৈদা ফুন্দ্রে যুম হায়বা লৈ. মাহুনা পাঙলনা ফুন্দ্রে খেংপা তম্বীবনি, হৌদোকপ ন হায়বগী প্রমাণ পিবদি মরেয়। ফুন্দ্রে মখুং হায়বসি আরবী, উর্দ্দু লোল নত্তে, মীতৈরোননি। ফুন্দ্রে খেংপা হৌদোকপা, মাহুনা পাগী মশিন ওয়হুনা হিঙিবা ইমুং অহুবু মীতৈনা ফুন্দ্রেবন কৌই; মাহুনা মখোয়গী যুম্নাক ওয়খি। জনাব সাহেবনদি

"ফুন্দ্রৈ খেৎপগী থবক তৌখিবা কাংবু অসিবু ফুন্দ্রৈ ময়ুম হায়না খংনখি"। হায়রি। ফুন্দ্রৈ খেৎপা হৌদোকপবু—"ফুন্দ্রৈবম" কৌভন থোকপ্রা! "ফুন্দ্রৈ ময়ুম" কৌভন থোকপ্রা! হায়বগু রাংগায় অসিগী ইটিমোন মিং। লৌখৎলগা, ইটি মানদা কংবা খোলথোক অংগী লৈথুল (অর্থ), মাতুগী মথক্তা বিধেয় বিচার চঙাগা অচুম্বা লেপকনি। মীতৈগী য়ুম্নাক্তা মশিনদা মচৎত, মরোংদা "ম" তপশিল্লগা (অম প্রত্যয়) য়ুম্নাক শংনা ক্রেম অমদা ময়াঙ্ অমা পানশিল্লগা মরাঙদা মরী অমনা চিংথরা লঐহনববু (উংহনববু) ফুন্দ্রৈ কৌই। লঐরিবা অতুবু পাঙথোকহনবগী (কর্ত্তৃবাচক) "বা" তপতুনা ফুন্দ্রৈ খেৎপবু "ফুন্দ্রৈব" কৌবে। ফুন্দ্রৈ মশিন ওয়বা "ফুন্দ্রৈব" দা "ম" চংশিন্দুন (তপশিন্দুনা) ফুন্দ্রৈম কৌখি। মতৌ অমুম্না ফুন্দ্রৈবমনা ফুন্দ্রৈ হৌদোকপনি হায়রবা খঙনে।

ফুন্দ্রৈগা, ময়ুমগা তিম্নরগা ফুন্দ্রৈ + ময়ুম = ফুন্দ্রৈময়ুম ওইরে ফুন্দ্রৈ কারবু কৌই হায়বা মথক্তা লৈনখ্রে। মাগী য়ুম অতুবু ময়ুম কৌই। অংনদি ফুন্দ্রৈ খেৎফমদা ময়ুম ওয়দুনা লৈবগু ফুন্দ্রৈ ময়ুম হায়না খঙ্নগনি। অতুনা ফুন্দ্রৈ ময়ুম্না ফুন্দ্রৈ খেৎপা অমসু ফুন্দ্রৈ হৌদেকপগী রাখুল রাপুং পিবা ওমদে। ফুন্দ্রৈ খেৎফমদা ময়ুম ওইনা লৈবা হায়বদি খঙহনবা ওমই।

প্রোঃ খাননা, ঐখোয় পাঙলগীদি—ফুন্দ্রৈ খেৎপগী থবক তৌবা কাংবুবু ফুন্দ্রৈ ময়ুম কৌই হায়নদা কনাম্তু কৈগু হায়না রায়দবনি। রানা থোকলকইবদি—"ফুন্দ্রৈ হায়বা খুৎলাই অসি মণিপুরদা মুসলমাননিংনা পুশিল্লকপনি" হায়রকপদগী; মাগু কক্তবা ফাদতুনা থোকলকইবা রানি। ফুন্দ্রৈ হায়বা খুংগু অসিদি, মীতৈগী লৈরবা সাহিত্যগী শরুক য়ারিবা লৈরবা পোৎ অমনি। অরিবা পোৎ অসিবু খৃঃ ১৭০০ চঙকপা মতমদা

পাঙলনা পুশিল্লকপনি হায়বা অরানবা রা অসি থাংজিল্লকঅবদি, অরাযবচু থাংদোক্ত্ববা য়াদত্ত্বনা থাংদোরকপনি। নিপাগী শারোং শাবাল ফজবা শৈথারকপদা—"থবাক মতা ফজবা, শারেল নোংসা শাবালনি, য়াঙ তেলজৈঙম চুম্বনি, কাইগল চুঙম মরেনি, শুক চংপা পামবোমনি, কুও চংপা থবাকনি, লমজেন য়াংবা খুনামনি, লৌ হৈবা কপলাকনি।" হায়ত্ত্বনা অকনবনা ফজবা শৈথানৈ। কুপীগী শারোং শাবাল ফজবা শৈথারকপদা—ফজৈ হায়দা হুরাদা ভাঙোই থাদোই, নিংথৌগী মচা থোইবীদো, "ভারোই শাবাল পুম্ বুম্বী, ফুরেল্লনা খেংকুম চুম্বীনি, খুনিং ভাতেন মচীম্লি, খুবোম লফু থরোনি, কৈবোম মতা ফজবা লফু মেত্র মরোংনি, হাইগংখিবা কৈকুনা ভারাহৈ উচন মরোংনি, কল্তক তৌবা নিঙ্দানি, চেংতক তৌবা খাংদানি, নৌদ-নৌবী খাংনৌবী, লাংবল উচী খোইশুম্বী, থবাক মতা ফজবা খেংনম্ব হেন্দা ওয়নম্ব রাংতা খেংন-ভানা তুমথংপা নারীদবোয় নিঙবীনি... ... ..." হায়ত্ত্বনা খোংন-নৌনা ফজবা মরোংদা শৈথানৈ।

মীতৈগী সাহিত্যগী লৈরোং লৈতিন অমা ওয়ত্ত্বনা, আ অত্থৈ মোইরাং কংলৈরোনগী মতমগী লৈরকখবা কুন্দ্রেবু, ঙাইটরগী নোংশমৈ পুরাণনা, ওরাং নহাল ইশা চৈথারোল কুম্বাবনা, থাগেম্বগী মতমদা লালদা ফাহৌবা পাঙলশিংনা পুশিল্লকপনি হায়জিল্লুনা মুল্লপে হায়ত্রা? ফুন্দ্রে হায়রিবা মনিং অসি মীতৈরোননি। ফুন্দ্রে খেংপগী মরোং অনিনি—পাবোং হায়বা অমা, ময়াঙ হায়বা অমা, মরোং অনিমক মীতৈনা হৌদোকচবা মীতৈগী তশেংবনি। জনাব সাহেবনা, মুনশাবগী অথোন-অরং ফজবা মরোং অসিম্ব পাঙলনা তম্বীবনি হায়নিঙবগুম—ওজা রাহেংবম মুমজাওনা ইবা মণিপুর ইতিহাস কোংশিল্লুনা—রারোল অত

পাবদা য়ুমশাবগী ফজবা মরোংসু পাঙলনা হৌদোকপগুম অপাবশিংদা কাওহনবা, হনগৎতুনা কুপ্না হেক পারগ পাংলম্মকনা হৌদোকপনিদি হায়দবা—"খাগেম্বা মহারাজগী মমিংদা য়ুমশা-কৈশাদ হৈ-শিংলবা কাংবু অছুনা মাসিগু হৌদোকপিরম্বা য়াই' হায়দুনা চৈনেনখি মীতৈগী য়ুমরোং অসিদি খাগেম্বগী মতমদা খুন্দাখিবা মুসলমানশিংনা হৈরকপা পোং নত্তে। ভাস কাওবদগু আসাম বেঙ্গলদা লৈবা মুসলমাননা মীতৈগী লাইখল মরোং অসি হৈতে, শাদে। মরোং অসিবু মণিপুরী চাল হায়দুনা আসামদা, কাছাড়দা, শ্রীহট্টতা খঙৈ। কাছাড়দা লৈবা বাংগাল মুসলমানশিংগী ময়ুম মীতৈ য়ুমশা অসি শাদে। কাছাড়দা লৈবা মীতৈ পাঙলগী য়ুমদি মীতৈ য়ুমশা শাই। মাসিনা পাঙলনা মীতৈদগী তম্বনি হায়বদু খঙৈ। ময়াং মুসলমানগী য়ুম মরোংবু মীতৈনা য়ুম নম্বোনবী কৌই।

জনাব খাননা—

"খাগেম্বা স্না হাক্কক্না কংলা কোম্বং যাত্রা হুনবগীদমক্তা পাঞ্জি কোনোক খঙ্গ্রাবু কৌদুনা পুংকম য়েংহল্লি। মাদুদা থেঙ্গ্রানা মহারাজদা হঙ্গৎলি—মহারাজ ননাই ঐনা হঙ্গৎচরিবা পুংকম অসিদা যাত্রা হুল্লবদি শোয়দনা স্নাগী থম্বাল শাৎকনি। যাত্রা হুনবদা মতম খরা খেন্নদুনা স্নাগী থম্বাল শাৎত্রে। মাদুদা মহারাজনা শাওরদুনা খেঙ্গ্রাবু গুগ্গুদা অঙাং ওলহল্লু হায়দুনা স্না য়াথং থাগ্রে। থেঙ্গ্রানা হায়বা পুংকম অদু মুসলমান অমনা তাদুনা পুংকম অদু ইশোই শোইদনা লকু পাম্বী অমা থাই, মাদুদা স্নাগী থম্বাল শাৎলি। মুসলমান অদুনা মহারাজদা কৎলি। .........( বিজয় পঞ্চালী বাই এম, ঝুলোন )। থৌদোক অসিদগী ঐখোয়না লৌবা য়াবদি। মুসলমান অদুনা লোম্না মী খংহন্দনা লৌশিনবা

য়ারবা স্নাগী থম্বাল অত্তু লৌশিনখিদে, পুকচেল শেংনা হরাওনা মহারাজদা কৎখি। অহল অসিনা কোনোক থেঙ্গাগী ভুপীবু মতু তালোয় ওইনা মহারাজনা পীখিখি হায়রবৈ।" হ'য়ৃনা "মুসলমান অমগী পুকচেল শেংবা" হায়রগনা য়ারী মতেক অমা লিরি।

পাওল পুকচেল শেংবগী য়াকম অসিদা, লেখকতা হংনিঙ্ঙিবদি—মুসলমান অমনা পুংকম শোইদনা লফু থাবদা স্নাগী থম্বাল শাংলি হায়রিবা অসিবু; লফু থাবা হেক লোয়বগা স্নাগী থম্বাল ফন চোংখৎ-লকতুনা শাংপা মতারা? নত্তে থারিব' লফু অতুনা হিংতুনা চাওরকঅগা, থারো শংপ মতমদা স্নাগী থম্বাল ওয়না শাংলকপা মতারা? মাতু য়াইটরনা শেংনা তাক্তে। থেঙ্গাদি ফলিত জ্যোতিষতা ফংবা অতু হায়জবনি, পুংজ-খেঙ্গোং ঘড়ী শুরিবদি নিংথৌগী লোইশঙনি। লোয়শঙনা শোয়বস্তু ওয়রো, থেঙ্গানা শোয়বস্তু ওয়রো, ফলিত জ্যোতিষকি কল অমা পিরুবদা কল অতু শোয় হায়বগী দমকপু, নিংথৌনা 'থেঙ্গাবু শুগ্নুদা অঙাং ওলহল্লু হায়তুনা স্না য়াৎং থাব্রে" হায়বসিবু—খাগেম্বা নিংথৌসি, মোগল নিংথৌ আওরজ্ঞেবগুম্না তমথীবা, মী হাংকনবা জাংলা? খাগেম্বা নিংথৌনা হায়রবস্তু—মতিক চাদবা দণ্ডি পিহনা, নিংথৌ ওম্বা অৎম্বশিংনা য়াবিগদ্র? মুতুরা বুলোনগী বিজয় পঞ্চালী লাইরিক লৌখংলগু মীতৈনা চুম্মে হায়না হেক্কা লৌগদ্র? মুতুরাবুলোনগী বিজয় পঞ্চালীদি—মীতৈ নিংথৌশিংগী মমিংবু সংস্কৃততা ট্রান্সলেশন তৌদুনা মীতৈগী পারী-পুরী মুংথৎনবা শিনবা, চুমদবা অরানবা য়ারীশিংবুলনি ( Pseudo history ) হায়দুনা মীতৈ অরাম্বনা য়াদে। "পাখংবাবু = যবিষ্ঠ; কাওথোংববু = একদর; তাওথি'মাংবু = জলগত্য; খাগেম্ববু = খগেন্দ্র" হায়না, মীতৈরোনগী মিংদা লৈবা অর্থবু

সংস্ক ততা ট্রান্সলেশন তৌবা ভখা, খৃষ্টাব্দ ১৯০০-২০ চঙকপগী অহানবা ডেকাডতা, লৈপাক অসিগী সংস্কৃত হৈবা বড় পণ্ডিত অমগী শিন্নরনি হায়বত্থু খঙহুনবা মীতৈ অরাম্বনা লৌনদে। বড় পণ্ডিতকি সংস্কৃত বিদ্যা অসিন্থু, কী শাবদা মফেন য়াওদ্রগা কী ওয়বা ম্নাদবগুম, লাম্লে ওয়বা ম্নারোয় হায়হুনা মীতৈ মরূপনা নোকই।—"খগেন্দ্র" হায়বদি খাগী ভম্বা হায়বা নত্তে। খগেন্দ্র=গরুড়, নত্রগা গরুড়না শাদোং ওয়বা বিষ্ণু হায়বনি। অর্থবু হায়বা।

মথং স্নাগী থম্বাল কংলবা "অহল অসিদা কোনোক থেঙ্গ্নাগী ভুপীবু মতু তালোয় ওইনা মহারাজনা পীবিখি হায়নৈ।" হায়রিবা অসিনদি ম্নাইটরনা অইবা রাম্নী লাইরিক্তা ফংবদি নত্তবা তারি। হায়নবনি। মরক মরাগী ইমুংগী মীশু নত্তবা, রাজ-জ্যোতিষীগী ইমুংগী ভুপী; অচৌ-অশাং ইমুংগী ভুপী অমবু—মপুরোয়ববুন হাংলো হায়হুনা ভগ্নদা থাম্নগা, মপুরোয়বগী অরা-মৈচাকমকম্থু খাঙমদনা লৈরবৈঙদা—লালদা ফাহৌবা পাঙল সিপাই অমদা পীখি হায়বসিবু—থেঙ্গ্নাগী ভুপীহুনা রায়মগদ্রা? মাহুবু লৈবাকী মপী-মপা ওয়বা নিংথৌগী মচংলা? নিংথৌনা শাদগী হেন্না তোনবা মচৎ চৎপদা—নিংথৌ ওয়া অঙবা অমম্থু লৈবাক্না তুমমিন তাহুনা লৈরমগদ্রা? "হায়নৈ" হায়বসিবু কনা কনানা হায়নবনে, মাহু ম্নাইটরনা মীশক পীবা ভমগদ্রা? ওয়দবা ম্নাবু! মোগল নিংথৌ আওরঙ্গজেবনা মম্নাম্বা দ.রাগী মঙক ককথগা, আগ্রাগী দুর্গদা বন্দী থম্মীবা মপা শাহ-জাহানদা থুদোল তৌখি হায়নবা আওরঙ্গজেবগী থম্মোয় অহুম্থু মীতৈ নিংথৌ খাগেম্বদা লৈতে। নিংথৌনা হায়রবম্থু লৈবাক্না ম্নারোয়। লৈবাক লৈবগী নিংথৌ পানবনি, লৈবাক্না মপুনি।

লফুদগী শাংলকপা স্নাগী থম্বাল অদুদি ষ্টেট গে'ভর্ণমেন্টনা ভাক্কুনা, শঙ্কুনা (Conserve, preserve) থমগদবনি। স্নাগী থম্বাল শাংখিবা মকম অদুসু শাংখিব মুমিং অদুনা তাবা অশেংবা মুমিং অদু চহি খু'দংগী নিংঝিংনগদবনি ( observe )। অদুবু মীতৈনা, লফুদগী স্নাগী থম্বাল শাংপা মুমিংনি হায়বা মুমিং অমত্তা থঙনরক্তে। স্নাগী থম্বাল অদু হৌজিক্তি .কাম্নুংদা লৈত্রে। নিংথৌ অদুগী হাকচাং মাংখ্রে, হায়বসু তাদে, লৈতে। অরা লাকপাইনবদা অরাশিংনা মুনখ্রে হায়বসু লৈতে। ব্রিটিশনা মণিপুর লৌবদা মুনখি হায়বসু লৈতে। অদুনদি—পুকচেল শেংবা পাঙল, কোনোক খেল্লাগী মুপীবু মতু তালোর ওয়খিবা—"মুনোর খান" না মপুক শেঙকত্রদুনা, অমুক লোম্ন লৌশিনখ্রবরা ? হৌজিক বৈজ্ঞানিক যুগকি থমখেণ্ডাবা মতমসিদা শয়তানগী বাহু বিদ্যাগী রা অদুবু উচ্চ শিক্ষা ফণ্ডাবা, কলেজগী লেকচরর অমনা, পাঙল মপুক শেঙি হায়নিংদুন হুক্কবা-রাবু (unscientific) হায়বা মতিক চাব্র ? লফুদবু স্নাগী থম্বাল শাংপা হৌনবরা ?

ঈপা-ঈপুবা মতম অমদগী হায়নরকপা রাহু, মচা মশু এখোয়না ঈপা ঈপুশিং অদুগী মরেং তাদনবা হৌজিকী বিজ্ঞানগী যুগ অসিগা চাননবা সাইন্টিফিক ইন্টরপ্রেটেশন ভোগদবনি। শুক্র-নোংমু, চংমু-তৌরুবা করিগুম্বা অমদা, মতম চারুদুনা ওয়ল-ওয়থক অচৌবা অমা, থাল-ওয়লদনা হেক কণ্ডক পাঙ্গমদি মিংচৎ-মিংকাওগী ফীরান মমার হেক চুম্মকপা অদুবু—মরাইবক থম্বাল শাংপা হায়নৈ। মাসি মীতৈ সাহিত্যগী কলা (পুদিন-লৈরোং) অমনি। নিংথৌগী ওয়বা খঙনবদা স্না হায়বা রাহার অমনা লৈতেঙি—স্না-নমঘাং, স্না-কোকখোন, স্না-খোংনেৎ, স্না-শেকপীন, স্না-খুৎ অসিনচিংবা কয়া। শঙ্গোংলোন শুবা, শঙ্গোং

হাংবা ( জ্যোতিষী ) অমনা, পুংভ-খেন্দোং অচংবা য়েংহন্না, অদুগা পুংভম খেন্দোংদা, য়ায়ক-থৌ ( সংকর্ম ) হৌবা হায়বসি, মীতৈদা নিংশিংবা থোকত্রবা মতমদগী চৎনরকঅবনি। মাসিনা, মীতৈশা অরাংবা থাক্কী সিভিলাইজেশন লৈবা লীরে, কুইরে হায়বা খঙনরিবনি। নিংথৌগী শয়বা য়ায়ক্ষবা ওয়গদবনু, নিংথেগী ওয়বদা স্না শিজিন্নবনা, স্নাগী থম্বাল শাংকনি হায়বনি। মীতৈগী থৌগলশোলনি। মাসি নত্তনা, ভগী, চেক্কী যাত্রা লুনবদ কোনচাক স্নাগী (স্বর্ণ ধাতু) থম্বালমক শাংকনি হায়বদা শাজরবাদ—নিংথৌদি গাধাস্থ নত্তনা! পাঙলনা পুংভম শোয়দনা লকু থাবদা, কক্ষুদগী স্নামক্কী থম্বাল শাংলকই হায়রিবা নোংশকৈ পুরাণ অকবু গাধাশ্ব নত্তবা মীতৈনা মরোল লৌগত্রা ?

মণিপুরী মুসলিমগী রাতৌদোক্কী রোমান ix না জবাহরলাল ইউনিভরসিটিগী ইতিহাস বিভাগকী মকোক প্রোফেসর মিস: রোমিলা থাপরনা সেমিনার অমদা হায়খি—"মতুদি হোংদবা ইতিহাসতি ফত্তবা ইতিহাসনি, হোংবা শামদবা ইতিহাস ইবনি অত্তবা ইতিহাস ইবনি।" হায়বা রাকম অদু লৌখৎলগা, প্রো: জনাবনা পাঙলবু পুখৎ-থাংগৎনিংবা মাইকৈদা হায়রনিং হায়নিংবশিংদু মনিং তম্না ইরি। মীতৈগী রারৌশিংবুলদা ( ইতিহাসত ) রাওদবা ভাক্তা মনিং তম্না ইরুবতুগী তেকচাক লাকঅবস্থ মশা নাস্কোক্লবা—"ঐনা ঐগী লাইরিক মচা অসিদা ইজরিবা অসিস্থ কোন্না অনৌবা অশেংবা থোরক্লগা অরানবা তারাক্লাই হায়নিঙাই করিস্থ লৈতে। মতম পুম্নমক্তা চুমথোক্লবগী স্কোপ থমগরি।" হায়ত্থনা মশা ভাকথোক্লবা থুমুক লৌশিং অমস্থ শানরি। হান্নবা খুউ শেন্নবা হায়বসিদি —মশাদা লৈবা অরানবম্থ মশানা হান্না খঙাগা, অরানবা অত্থুগী মভুংদা মশাগী অশাংবা অমদি লেবত্থনা, অরানবম্থ নমত্থনা শিজিন্নরকপদা,

ভেকচাক হল্লকদবগ্ণ ঙাকথোক্লবা খুন্ট-শেনবা খুমুক-লৌশিংনি। অরান্বা হায়বসি খঙনা ল'নুব, খঙদনা লানব' মখল অনি শুংব্র। খঙদনা লান্'ঘবা অতুদি লায়, চুমথোক্পা মতমদা চুমঘে্র। খঙনা লানবা অতুদি চুমথোক্পা লুই, মীচং খোয়ঙনা ব্র'-নায়নৈ। খঙনা লানবা অসিস্ন— ইরিব মাগী লেমজগদবা, পামজবা অমদা কোক ইশিন্দুনা চাং য়েংবা, মাঙনা মনা-মনিন্ নায়রকত্রগ অতুম ওয়ঘিবা; মনা-মনিন নায়রকঅগনা, রাহৈ মখোল কোক হেক চন্দোকপা, শাপা নমঘ্রবা লাকরিক অতুদি সমাজদা অতুম চংঙনা লৈঘিনবগী ফিকির ( contrivance ) অতুদি পাংথোকহৌবা অমা, অমনা মীচং খোমঙনা হিংনবা হোৎনবা অমা। খান সাহেবকী মণিপুরী মুসলিম অসি করম্বা মখলনো হায়বতুদি খোঙাগা খঙবা হায়তুনি।

প্রো: মিস: রোমিলা থাপরনা হায়রিবা অতুদি—চুমদবা ইতিহাসপু হোংদোক্লবা; চুমদবা ইবা মীবু হোংদোকসি হায়বদা য়ানিংবগী রাকম অমদা হায়বা ওয়রমগনি। অতু নত্তনা হোংদোক্লবা কত্তবনি হায়তুনা অচুম্বস্ব হোংদোক্লুনা লানহল্লগা অকবা ওয়হনগনি হায়রবদি অঙাওবা চীনথিবা ত্তানি। খৃষ্টাব্দ ১৯৪৭ কী আগষ্ট তাং ১৫ দা ভারত স্বাধীন ওয় হায়বসিবু "হোংদব ইতিহাসতি কওবা ইতিহাসনি" হায় হায়তুনা ভারত স্বাধীনগী কুমশিং থাশিং হোংদোকপা য়াবা হৌনদে। মীতৈ মরূপ খৃষ্টাব্দ ১৯৪৫ দা পোকখি। মরূপ অসিনা সমাজগী করি শরুক য়ারিবগে হায়বতু লৈশাক অসিদা খুন্দা লৈতাতুনা লৈরবা মীপুম খুদিংনা খত্তি। মীতৈ মরূপ ইতিহাসকী থৌদোক ( Historical event ) অমনি হায়বদা কনাস্ব য়াদবা ওমোর। ঙসি চহি ২৯ হিংতুনা লৈরকঅবা, মহাক্না সমাজগী অরোনবা অমা পোরক্লুনা—সাধারণ প্রজাবু ধর্ম্মগী

অথুবা মিৎয়েংদা অথুবা কা অমদা নমঝিন্দুনা থনম্বদগী নাক্মোকহন্দুনা, মরূপ অসিনা মীতৈ কৌবা পোৎ অমা উৎননবা হোৎনরি। চৈথারোল কুম্থাবদা মীতৈ মরূপ পন্দে, মাওদে হায়দুনা মীতৈ মরূপপু তাদ খঙদবা কনা লৈবগে? মীতৈ মরূপ ঐতিহাসিক ঘটনা অমা ওয়রবনিনা, কনাগুম্বা অচুম্বা পাম্বা পুকচেল চাওবা, ঐতিহাসিক ঘটনা কদায়বু কৌই, হিষ্টরী রিকোর্ড কয়দোনা লৌগনি খঙবা হিষ্টরীয়ান অমনা মীতৈগী ইতিহাসতা, মীতৈ মরূপকী মফম চাওনা কল্লগনি। মতম অদুদা হোদবা ইতিহাসতি কন্তবনি হায়দুনা খৃষ্টাব্দ ১৯৪। দা পোকপা মীতৈ মরূপপু খৃষ্টাব্দ ১৮৯। দা পোকপনি হায়দুনা লায়া ইশিনবা তারিবরা? মণিপুরী মুসলিম রাইটরনা কায়-কায়গদবা মতাংদা হেক হেক পনবিরিবা চৈথারোল কুম্থাবদু ইডিট তৌরিবা কাঙবুনা হিষ্টরীকেল ইভেন্ট কদায়বু কৌই হায়বদু খড়ি খঙদে, হিষ্টরী রিকোর্ড তৌবা হৈ, হৈতে হায়বদু চৈথারোল কুম্থাবদা য়েংবিউ।

মণিপুরী মুসল্মিমগী লমায় ১৭ তা ওজা ডব্লিউ যুমজাও সিংহনা ইবা মণিপুর ইতিহাস অদুদা "পামহৈবা মহারাজবু গরীবনবাজ (লাইবরগী চ জকম) হায়বা মিংথোল পীরম্বা অসি মুসলমানশিংননি" হায়না ইরি। লাইবক থীবগী মিংথোল অসি পীরম্বা মুসলমান অদুগী মমিংদি ইবিরমদ্রে। মিংথোল অসি পীরম্ব মুপা অসি ইচম চম্বা মুসলিম অমদি ওইরমগনি থাজদে। মণিপুরগী নিংথৌদা মিংথোল পীবঙম্বা মুপা অসি নিংথৌনা মশক খংলবা মুপা অমা শোয়দনা ওইরম্বা য়াই।" অসিনি। মীতৈগী পাওরো—য়েংবদু হৈরবদি কুমৈগী কুমৈমক্কনি হায়বওম, মুসলিম রাইটরনা কজরবা রাপু অমদা হাওরবা রস অমা চুপ্পী। হোরিবদি—রাইটরনা লৌখৎলিবা ওজা ডব্লিউ যুমজাওনা

হায়রম্বদি "মুসলমানশিংনদি" হায়বনি। শিং হায়বসিনা অ দগী .হনবা মরাম্ব খণ্ডনৈ। অতুবু রাইটরনা মিংথোল অসি পীরম্বা "মুগা অসি" হায়দুনা অকক্কবা মী মাথক্তা ওয়রন্দুনা রস চুপ্পরি। মাসিদি ঐখোয়না অমুক কুমৈ য়েংগা মুত্তায়রিবা! মিং হায়সিমক্তবু—মিং = "That which designates a thing" This includes 'designations of things and their qualities" "those referring to fame and disrepute", and 'such descriptive appellations as "intelligence" and "stupidity" and "love" and "hate". "Names are made in order to denote actualities so as to make evident the honorable and the humble and to distinguish similarities and differences. পোৎ অতুবু শেংনা তাকপনি। Rectifications of Name হায়বা বিধি অতুগী মতুংইন্না—লাইরবা পাঙল ময়াম্ন, লাইরবগী চংজভম (গীরীব-নেৱাজ) হায়বা উর্দ্দ মরোন্ন। মাসিদা পাঙল মতিক ময়ায় লৈবগী নিংথৌনা শকখণ্ডবগী রা লৈতে। মিং অতুনা থবক নত্রগা পোৎ অতুবু তাকই।—মিং অতুদি "লাইরবগী চংজভম" হায়বনি।

রোমান—IX "অনৌবা মচাক পুথোরকপা অসিনা মী কাঙবু অমগী সেন্টিমেণ্ট শোক্লে হায়দুনা ইতিহাসকী অশেংবা মচাক মাংহনবদি ইতিহাসকী ঈচেন্স থদংপগুম তাগনি নিংই" হায়বা রাইটরগী রাহৈ অসিনা তাকপদি—রাইটরনা পুথোরকইবা অনৌবা মচাকশিং অসিনা মী কাঙবু অমগী সেন্টিমেণ্ট শোকনি হায়বহ রাইটরনা হায়না খল্লে। কাঙবু অতুদি কনানো থিরকপদা—মহৌরৈগী লৈরকমবা, মহোরগী ইতিহাসনা লৈপাক অসিগী ইতিহাস ওয়রিবা চীংতম, হাও-মীতৈ অনিনা অমত্তা ওয়বা কাঙবু অসি ওয়বা তারে। থাগেম্বা স্না হাক্তক ফাওবদদি— হাও-মীতৈ তোঙানবগী ইতিহাস থোয়না লৈরমদে—সমাজগী মথুংদা—

আউটর এনভাইর্ণমেন্ট হায়বদি খুংগু-খুংলাইগী মতেং; ইনর এন-ভাইর্ণমেন্ট হায়রদি চারো-মোরো, মিংগো-থাগো, য়ুম্বাল-কৈবান্দা খেন্নবনা অমনা অমদগী মাং থাথিব, তুং শোংথহৌবা থরা খেন্নবতনি, ইতিহাস অমতনি খৃঃ ১৮০০ শুংকপদা ব্রিটিশ স্পাই শাস্তদাসকী স্পাই ক্রফ্ট অচুন চাংতম চেকথাথনবা শি জেপ ওয়চুনা চেকথায়বা হৌথিবনি অচুদগী অমুক ব্রিটিশকী মতমদা ব্রিটিশ কূটনৈতিনা চাং-তম শেগায়বিরমনি। অচুবু হৌজিকী সমাজগী শকক‌মদা কৌরগনা মী কাচবু অমা হায়বসি মীতৈবু ওয়বা তারে। ইতিহাস ইবা নিপা অমদা লৈবাক-নিংথৌ কনাবুসু কিদব, অচুম্বা অদুতা ইবা গুম্বা মথৌনা মরিনক্তেন লৈগদবনি হায়বা পণ্ডিতশিংগী মরা ঐখোয়সু তায়। হায়-মিংবা ঙনিংবচু হায়রম ইরমদায়দা সমাজবু শিঙনরম্মু হায়বদি পণ্ডিত কনানসু হায়রমদে। মণিপুরী মুসলিমগী লাহৌদোক্তা রাইটরনা মীতৈবু কোংনা শিঙনবিবসিদি—রাইটরগী তোপ-তোপ্পা থোনানি।

রাইটরনা মথা তারকইবা—"মুসলমানগী মগুণ অসি মৈতৈ ইপা-ইপল অহল-লমনশিংনা অসুম্বা থানৈ—"মেতৈগী যুমফম থোনবদা পাঙলগী লৈতুম অমতা ওইরবসু যাওহল্লু।" মৈতৈ ইপা ইপলগী পাওরো অসিনা মুসলমানশিংবু থাগৎপা ওইরমাল্লে হায়বা ফাওবদি থংই।" অসিনি। মাসিমক শেংদোকপা তাবনা শেংদোকচরি। মীতৈ লৈপাক্তা লালদারকপা সিপাই পাঙলশিং অচু মখুৎ-মশা, মহৈ-মশিং কয়া হৈরক্তে, অচুনা হিংবদা রারচুনা, পামহৈবা নিংথৌদা, মহারাজ! ঐখোয়বু থাদোকপিরো, চাংলোন রাংমা লাম্না হনজরগে। থাদে কপিরোয় হায়-রগনা ঐখোয়গী হিংনবা পামৈ শিনবিয়ু হায়চুনা নিংথৌদা খুরুমৈ। মাচু তাবদা নিংথৌনা মীওয়বগী অরাবদি মীনা খঙবনিনা—নিংথৌনা

মখোয়গী হিংনবা পাম্বৈ পিগনি তাকপিরে। মাদুগীদমক নিংথৌনা লৈবাকী খুৎনায়বা পুম্নমক কৌথৎনগা-খুৎনায়বশিংদা, মীতৈ ঐখোয়না ফাত্তুনা থম্মবা পাত্তলশিং অসি মখোয়গী হিংনবা পাম্বৈস্নু ঐখোয়না শিন্‌বিভগ থাকই। অদুনা খুৎনায়বশিংনা পাত্তল থর থরা নং-নংগী নয়ুমদা থমদুনা শিজিন্নৌ! মখোয়গী হিংনবা লম্বী শিন্‌বিয়ু হায়রে। নিংথৌ য়াথং মতুং ইন্না—লৈবাকী অঙম-অথৌ ঈপুদগী ( মন্ত্রীদগী ) হৌরদুনা পুখ্রম্ব, নোংথোন, কৈরুং-শেলুংবা, লেয়শংগী হঞ্জবা হিদং, শঙলাকপা, লালুপচিংবা অমস্নু লৈবাকী খুৎনায়বশিংনা, পাত্তল ৩/৩, ৪/৪ মা-মাগী ময়ুমদা পুখি। মাদুদা পাত্তলশিংনা নিংথৌবু পেল্লদুনা গরীবনেৱাজ হায়ব মিংথোল অসি কৎখিবনি। তুমিৎ অদুগী মীতৈগীদা পাত্তলনা লৈদুনা মরল-খানবা ( মজুরি ) হৌখি। লৈবাক অঙম-অথৌ কয়ায়বা অমস্নু খুৎনায়বশিং অদুতস্নু নত্তনা, খুল্লক-ইরকী য়ুম কয়াদস্নু পাত্তলনা মরল-খানখি।

মমাংঙৈদা মীতৈদি অমনা অমগীদা মরল খাম্নদে ( মজুরি )। মাসি মীতৈগী ইজৎ অমনি। স্না লমজাও, লম্বী থোং শেম-শাবদা লৈঙম-থৌঙম পুনৈ, শেলনা নেক্লবা মী লৈতে। মাসিমক্লা লৈত্ত-লায়র অনঙবা লৈতবদি নত্তে, মপুকচাক পুবা ঙমদবা মীগীদা মীনায় ওয়রবস্নু লৈ। অনঙবা ইমুংগী নিপা নুপী পুন্না মীগীদা মীনায় ওয়বা য়াওই। পুন্না মীনায় ওয়রবা অদুবু মপুন্না তোপ্পা ময়ুম ফুঙ্গা লিংদুনা থম্বী; মাদুবু মীনায় ফুঙ্গা পানবা কৌই। কনাগুম্বা মচাবু মীনায় ওয়না য়োল্কোকপস্নু য়াওই। নিপা ওয়রবস্নু, নুপী ওয়রবস্নু মীনায় ওয়রিবা অঙাং অদুনা চাওরক্লুনা ময়ুম-মকৈ পানবা য়ারকলব মতমদা, মপুনা মীনায় কোকপী। নুপী ওয়রগা অরোং-অউন তম্বীদুনা কনাগুম্বা লোপে হায়বা অমদা

থাজওী। নিপা ওয়ল্লগা মানা হৌদোকচবা য়ানবা, শল নত্রগা ইরোই, লৌ মচেৎ অমা খায়বিদুনা থাদোকপী। মানা অহুম লৈজগে হায়রগনা ইংখোলস্থু নচেৎ অমা খায়বী। মীনায় চায়োক অসিদা মপু অচুগী ইজৎ লৈ, লৈত্তে লৈবাক্লা ভাংনৈ। লৈবাক্লা চোম্পী লেমদে ঙংনঘিনি ঈকায়দুনা মীনায়বু মচাগুম্না শেম্বী। মাসি মীতৈগী ইজৎনি। মীনায় য়োকপদা ইজৎ তানবা অসিনা, ইজৎকী দমক মীনায় থম্মিংবা য়াখল অমা পোক্করকই। মীনায়মক থমত্রবস্থু ময়ুমদা মী থমদুনা থবক শুহনবা অসি লেম্নবী শুম্বনা চংনরকই। অহানবদা মী অমতা নেকপা ফঙম্‌দবহু, পাঙল লাকভৈদগী মীতৈ খুলক্তা পাঙলনা থবক থিরবনা মীতৈগী য়ুমকোক থাররে। মাহুনা মীতৈগীস্থু অর্থনীতিগী অনৌবা থৌরাং অমা পায়খৎলে। মীতৈনা, পাঙলবু লৌ-নিমগল্লি, লৌ থায়বী, শল হোৎনহল্লি শল খায়বী। মতৌ অস্থুম্না মীতৈগা পাঙলগা—মপুগা ভনজাগা, য়ুম্বুগা য়ুমদাংবগগী মরী অমদা-তিম্নরকই। লেম্নবী ইজৎ অমদগী মীতৈগী য়ুম্ভম থোনবদা পাঙল নেকই। মাহুনা মরম ওয়দুনা মীতৈগী য়ুম্ভম থোনবদা পাঙলগী লৈভুম অমতা ওয়রবস্থু য়াওহল্লু" হায়বা য়াহৈ অসি চংনরকই।

মণিপুরী মুসলিমগী অইবনা হায়জদগী লাইরিক অসিদা ফোরয়াড পিরিবা লৈবাকমচা ঈবুঙোশিংস্থু লাইরিক অসিদা লৈবা অফ-ফত্তুগী শরুক য়াবা তায়। রাইটরনা "ইকাই খুম্নবদ মতিক চারবা পণ্ডিতশিং অমদি মরুপ মপাংশিং অসিনা লাইরিক মচা অসি মীয়ামদা 'ইত্ত্রোম্ব্যস' তৌবিবগী দমক পণ্ডিতশিং অমস্থু মরুপ মপাংশিংবু হন্না হন্না মতম পুম্নমক্তা থাগৎচরি" হায়দুনা লাইরিক অসি লৈবাক্তা ইস্ত্রোম্ব্যস তৌবিবগী তৌবিমল ভৎলি।

প্রোঃ খান সাহেব অমসু কোরবার্ড পিবিরিবা অখঙ্-অশিং ইত্তোশিংদমু য়াম্না অসিমতংদি নিংঝিংজনিঙি—সোসিওলোজী হায়বা পোং অমদি লৈবনি। সোসিওলোজী অদুদা—"জিওগ্রাফীকেল ফুলং; জিওগ্রাফী এণ্ড পিপল; জিওগ্রাফী এণ্ড সোসিয়েল লাইফ ; জিওগ্রাফী এণ্ড ইট্স্ কণ্ট্রোল ; ডি মিনিং ওফ জিওগ্রাফী ; এন্ভাইর্নমেণ্ট এণ্ড ডি সোসিয়েল হেরিটেজ ; আউটর এনভাইর্নমেণ্ট, এণ্ড ইন্নর এনভাইর্নমেণ্ট ; টোটেলিটি ওফ এনভাইর্নমেণ্ট ওফ ডি ইণ্ডিভিজ্যোল লাইফ —ফীজিকেল আস্পেক্ট এণ্ড সোসিয়েল আস্পেক্ট ; ডি সোসিয়েল হেরিটেজ ওফ ম্যেন" পুন্নমক অসি থেংনবিগনি। মাদুতদা মীতৈ মশক মুন্না খঙবা ঙম্বিগনি। হক্লোন-শুবনা মৈশা অমদি মনিনগী লিচীং পথাপশিংদা পুক্লীং লুপশিল্লিবদু ; খুন্নায়রোন-শুবনা খুন্নায়গী শকফম-শিংগী চংথোরকইবা অমসু ওয়রিবা অদুনা উংথোরকপা পথাপশিংদা খঙ্করিবা অদুনা হঙ্কবা নত্তে। The physical scientist is interested in the laws of gravity or gases or thermo-dynamics; the social scientist is no less concerned with the laws manifested by the existence and behavior of social phenomena. But there are some significant differences between the two. অচাবা য়াখলনা খুংন্নায়গী শকফমদা খুং-খারকপদি অয়াবনি।

লোইশিনবা।